ꯑꯌꯨꯛꯀꯤ ꯁꯅꯥ ꯑꯍꯤꯡꯕ ꯃꯉꯥꯟꯗꯥ

# অয়ুক্কী সনা অহিংবা মঙান্দা





য়েংখোম সুনোলতা চীঙ্খেঙানবী

# AYUKKI SANA AHINGBA MANGANDA

**(The Golden Sunlight in the Morning)**



**A collection of 52 Poems**

***Written by:***

**Yengkhom Sunolata Chingkheinganbi**




Publish by — Yengkhom Shamu Singh
on behalf of
Sahitya Seva Samiti, Kakching

Publish on — Sunday, the 18th April 2010

Cover – Kshetrimayum Khogen (K.K. Arts)

Price – 80/-

No. of Copies – 500

Printed at – Times Offset Printers, Kakching

# কচ্চবা

তাইবং লিলা লোইরদুনা
মপুগী লৈকোন্দা তিনখ্রবা
পন্থৌ পোকপা ইপুবোক
শ্রী য়েংখোম লৈরেন সিংহগী মফমদা
নশুগী অহানবা শৈরেং লাইরিক
"অয়ুক্কী সনা অহিংবা মঙান্দা"
পিকলবা শৈরেং নাচোমসি
কচ্চরি ইপুবোক্কী নফমদা
লৌশিনবীয়ুকো লৎনবা লৈতনা।

# ৱাহৈ খরদং

য়েংখোম সুনোলতা চীঙ্খেঙানবী সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীংদা নৌনা থুংলবা অইবীনি। মহাক্কী শৈরেং ৫২ য়াওবা "অয়ুক্কী সনা অহিংবা মঙান্দা" মিংথোনবা অহানবা লাইরিক অসি সমিতিগী ২০ শুবা লাইরিক ওইনা মসিগী ৪৩ শুবা চহীগী সাহিত্য মনাশিং লান্থোকপা নুমিৎ ১৮/০৪/২০১০ ইং, নোংমাইজিংগী অয়ুক্তা ফোঙদোকচবা ঙমজবসি য়াম্না নুঙাইজে।

পুন্সিদি হল্লকখিদ্রবা লোইবা নাইবা উনখিবশিংনি। মদুগী ৱাংম অকোয়বদা শন্দোকখ্রিবা উনদবগী লোইনাইদ্রবা মপালনাইদবদু শীন থুংনা করিনো শকউদনা লৈরিবা হিংদুনা! থূপখ্রবা ঈহৌফমদুগী ঈশৈশিং ওইরিগদ্রা চীঙ্খেঙানবীনা শক্লীংলিবা! ওইরমসনু লাংলৈ ওইরবা তাইবংবু নুংশি চান্নবগী সুর তাহনবা থাদোক্নুনা চৎত্রিঙৈ মফমসিদগী।

তাং ১০/০৪/২০১০
ককচীং

পুখ্রম্বম রাজেন্দ্র সিংহ
সেক্রেটরি
সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীং।

# অইবগী ৱারোল

পুন্সিগী অহানবা ওইনা ঐগী "অয়ুক্কী সনা অহিংবা মঙান্দা" হায়বা শৈরেং লাইরিক অসি মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরি। তাঙলবা কবিগী আসন্দা কাখৎতুনা ফমজবগী ঈশ্বরগী মশক ওইরিবা মীওইবা হায়বা জাতিসিগী সেবা তৌজবগী চমলবা করিসু লৈজদ্রবা ঐগী ইতিক নৎচদে। অদুমক্তদা মীওইবগী সেবা পামজবা মীওইবগী থম্মোইগা পূক্নীংগা মতম চূপ্পদা ৱারী শান্নজনীংবনা, মীওইবগী নুংশিবা হায়বা ধর্ম্মবু মফম খূদিংদা শন্দোকচনীংবা অমা ওইনা ঐনা ঐগী চমলবা খূৎই অসিমক মতমসিগী ফীভম শোকথরবা রাজনিতি অর্থনিতিগী ৱাহন্থোক লান্না চৎনখ্রবা সমাজসিদা হিংমিন্নরিবা জাতি তোঙান তোঙানবা ফুরুপশিংগী ইচিল ইনাও খূদিংমক্তা অমত্তা ওইনা শিন্নজরি। ঐ খঙঙি ঐগী খূৎইসিমক্লা ইপা ইপুশিং, লাই গুরুশিং, ইজাতিগী সেবা তৌজরিবা সমাজ সেবিকা কয়াগী মরক্তা তিন্দুনা সমাজগী সেবা তৌবা মীওইবগী থম্মোইদা চঙশিন্দুনা মীওইবগী নুংগী শক্লোনবু হৌদোকলক্লনবগী অনৌবা মায়ওন্দা চৎননবগী উপাই অমা ওইবদি মতিক মপা চাবা নত্রি। অদুমক্তদা আশা তৌজরি মদুদি হিংমিন্নরিবা ইচিল ইনাও খূদিংমক্কী মফমদা থম্মোইগী ওইবা লোন্দি চিরোঞ্জবা, পাউদমজবা ঙমজরগনি হায়না। তশেংবগীদি অইবা খূদিংমক্লা পামজবসি মীপূম খূদিংগা থম্মোইগী মরী থমদুনা হিংমিন্নজবদুনি, অদুমক্লী চমলবা করিসু খঙদ্রিবা ইরমদমগী ইজাতিগী থৌদাং করিসু য়াবা ঙমজদ্রিবা ঐগী থম্মোইগী অপাম্বসু।

তশেংবগীদি ঐনা ইবা হৌরকপসি ঐনা নীংশিংবদা ক্লাস সিক্স (চহী তরামাথোই) দগী অদুম হৌরকখি। অদুমক্তদা ম্যেগজিন অমদি জর্নেলশিংদা হাপ্পা কয়া তৌরক্তে। অদুগা অমুকসু খুদোংচাদবা খরদগী ঙসি ফাওবা অসুক কুইবসি মীয়ামগী মরক্তা তিনবা ঙমজদ্রি। ঙসিসু হৌজিক হৌজিকসু অৱাৎপনা পিক থল্লি হায়বমক য়াই।

ঐগী "অয়ুক্কী সনা অহিংবা মঙান্দা" শৈরেং লাইরিকসিবু মপূংফানা ওইরক্লবা হোৎনরকপদা চিল্লবা মতম কাইথোকপিদুনা বনানগী করেক্সন তৌবীদুনা মতেং পাংবীরকখিবা ঐগী colleague হাওবম অনিতা অদুগা লাইরিকসিগী খূদিংমক য়েংশিনবীদুনা ফাইনেল করেক্সন তৌবীরকখিবা ওজা

মিং ওইনা পনজরবদা জি.পি. কোলেজগী Hindi Department কি ওজা ক্ষেত্রিময়ুম রাজেশ্বর, সাহিত্য একাদমি এৱার্ডি ওজাগী মফমদা হন্না হন্না তৌবীমল খঙবা উৎচরি। অদুগা ঐগী লাইরিকসিবু মপূং ফাহনবদা থৱায় হকচাং য়াওনা মতেং পাংবীরিবা ঐগী ইমা ববা, ঐগী নেনে ময়াংলম্বম ওংবী বিজেন্তি, ঐগী থৌনা হাপ্পিরকখিবা মরূপ মপাংশিং অমসুং টাইমস ওফসেট প্রিন্টর্স কী ইচিল ইনাওশিংগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসিবু "সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীং" গী মিংদা ফোঙজগে হায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবীরকপগীদমক সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীংবু হন্না হন্না থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লোয়ননা ঐগী অহানবা শৈরেং লাইরিক "অয়ুক্কী সনা অহিংবা মঙান্দা" হায়বা লাইরিক অসি ঐবু পোকপিবা ঐগী ববা য়েংখোম শামুগী মিংদা মীয়ামদা খূৎশিন্নজরি।

য়েংখোম সুনোলতা চীঙ্খেঙানবী

# অয়ুক্কী সনা অহিংবা মঙান্দা

## মনুংগী লামায়শিং

# অশংবা

অশংবা নঙনা লৈবিয়ুনে
ঐগী থম্মোইগী লকানুংদা
লেঙদনা মতম চুপ্পদা
নাহে চল্লবা মীওইবগী মথানুংদা,
নঙদি নুংশিবগী মবেম্মনি
নঙদি ফজবীগী মতারোয়নি
নঙদি নাহে চল্লবা তাইবংগী
অমৃত্তবু খিকপিরিবা লাইজ ঈরিকনি,
মচা কায়নরবী কনাগী
পিরাংনা থুক্কৎলবা মিৎসনাদা
নঙনা অনৌবা আশাবু উহনখিবা
চরামনরবা নাহে চল্লবা তাইবংপালগী
খৌগংনরবা চীম্বান্দা
মোমোনবু নোকহল্লিবা
হে অশংবা নঙনা লৈবীয়ুনে
ঐগী থম্মোইগী লকানুংদা,
শকখিবদায়নে নঙনা
নখৌ পোঙনা
অঙৌবা খুনুগী মচিন্দা
অশংবা চোরফোন মনাদা তোংদুনা
নঙদি শিনাইদবা অচুম্বনি
শান্তিগী মবেম্মনি হায়না
শকখিদবরনে নঙবু,
তাইবং প্রলয়গী মতমদা
লাংনথিবদায়নে তাইবংনা

নঙতবু লকানুংদা
তাইবং কলিগী মতমদা
শ্রি মুখশিংদা মীওইবা জাৎতুগী
শোন্নখিবদায়নে নঙবু,
হে অশংবা!
নঙনা লৈবিয়ু
থম্মোই খূদিংগী আশন্দা
নাহে চল্লবা মীওইবগী।।

তাং ৩০/০৩/১৯৯৭

# নঙগী খোঞ্জেন

খোঞ্জেনসিনা ঈশ্বরনি
লাৎচরিবা খোঞ্জেনসিনা নঙগীনি
খোঞ্জেল অদু নঙগী
কয়াদা শুঙ্কৎপা
ঐগী থম্মোইগী লকানুংদা;
ৱারবা পুন্সিগী খোঙচৎতা
খৌগংলবা পুন্সি মরুভুমিসিদা
অমৃত লাইজবু খিকপিরিবা
খোঞ্জেন্দুনা য়াকাইহল্লিবা
পুন্সিগী আশা থাউমৈবু
খোঞ্জেনসিনা ঈশ্বরনি
লাৎচরিবা খোঞ্জেনসিনা নঙগীনি।
কয়াদা শুঙ্কৎপা খোঞ্জেন অদু নঙগী
ঐগী থম্মোইগী লকানুংদা,
খোঞ্জেন অদুনা নঙগী
ময়াই কাহল্লি ঐগী
অৱাবনা চোকথরবা পুন্সি খোঙচৎপু
নঙগী খোঞ্জেনগী তান্থাদা
কাউথোকহল্লি পুন্সিগী
খাঙঙমদ্রবা চৈনা কয়াসু
খোঞ্জেনসিনা ঈশ্বরনি
লাৎচরিবা খোঞ্জেনসিনা নঙগীনি,
কয়াদা ৱাজবা থম্মোইনা
খোঞ্জেন অদুগা নঙগী
তামনখিগনি খল্লুরগা

ঐগী পুন্সি খোঙচৎতগী;
খোঞ্জেন য়াওদবা পুন্সিদি
পুন্সি নত্তে অর্থ চেনবা
শুর য়াওদবা ঈশৈদি
ঈশৈ নত্তে রস চেনবা
নঙগী খোঞ্জেন য়াওদ্রবা
ঐগী পুন্সি খোঙচৎতি
পুন্সি নত্তে অর্থ চেনবা
খোঞ্জেনসিনা ঈশ্বরনি
লাৎচরিবা খোঞ্জেনসিনা নঙগীনি
খোঞ্জেন অদু নঙগী
কয়াদা শুম্লাৎপা
ঐগী থম্মোই লকানুংদা।।

তাং ২৯/০৩/১৯৯৯

# নাপল চাউবা নঙগী ’কা

নাপল চাউবা নঙগী ’কা
নুংশিরুরেনে ঐনা অরেম্বদা
নাপল চাওবা মীওইবনি খঙনা খঙ;
লাইবক থীবে ’কা
নাপল দোলাই তোংনদে,
ব্রাখল অদু ঐগী
অপঙ ব্রাখল ওইরম্মী
নাপল চাউবা নঙগী ’কা
নুংশিরুরেনে ঐনা,
বসন্তগী মতমদা
লৈরাংশিংগী পাম্বীদা
অনৌবা লৈয়োলনা মকা ফন্না
তাইবং পুংগোয়তবু য়েংননবা
চীন্বান্দা শোল্লদুনা নঙগী নাম
য়াকাইরকখিবা কাম কৌবা লাইদা
হৈনৌ মপাল কৎলদুনা
নঙগী পুজাগীদমক ঐনা
অখাকপা লৈতনা কচ্চখিবা,
ব্রাখল অদু ঐগী
মঙফাওনবা য়াররোইদবা মঙলান অদু
কায়হল্লম্মী ইথন্তমক
নীংবা কায়না চেন্থরিবা মিংসনাদনা
অদুগা শামথখ্রিবা নঙগী মমিনা
মায়ানা থল্লবা তাইবংসিদা
ঐগী মক্ত্রবা লৈকোলদগী,

নাপল চাউবা নঙগী 'কা
নুংশিরুরেনে ঐনা
নাপল চাউই খঙনা খঙ
তাইবং মীওই মপোকসি।

তাং ৩০/০৩/১৯৯৯

# ঐগী কলপনাগী মণ্ডলান

ঐগী কলপনাগী ঈশৈদা
কয়াদা শুপ্পাৎখ্রবা নহাকসিমক
অমুনবা হৈবোংগী চরোংলক্তা
মখৌ পোঙনা খোংলিবা
খোইনীংগী খোন্নৌবা খোঞ্জেননা
নিলহল্লিবা তাইবং ফম্বাক অমতমক
ওইরিবোই খল্লি নহাক অসি
ঐগী কলপনাগী মণ্ডলান;
অচিকপা পৃম্বনা থনবা
মহৌশাগী ঈশৈতমক শকপা
মফম খৃদিংদা পৃমঈং ঈংবা
অদুমকনি পৃথিবী
নহাক অসি ঐগী কলপনাগী ঈপাক্তা,
লৌরোক পান্থাগী মতমদা
অমুনবা ফৌরক্তগী
নুংশিবা শুরনা
ঈশৈ শক্তুনা লৌ খাওরিবী
মহাক্তুগী শুপ্পাৎপা শুরনা
অচিকপদা পাক্লা শন্দোকখ্রিবা
মালেম লৈমায়দা তাংজরিবা
অব্রা নাহে চল্লবশিংদা
অমৃত ঈরিক খিকপিরিবা
শিনাইদবা থৌনা য়াকাইহল্লিবা,
উরি মহাক্তু ঐগী কলপনাগী মণ্ডলান্দা
অদুগা পুমঈং ঈংলবা

অঙ্গৈংবা মালয়ানা য়ৈররবদা
তেকখৎলিবা চোকথরবা হকচাংশিংনা
মনীং তমলবা ঈচেলনা
লাউ খোংদুনা চেন্থরিবা
অপীকপা অঙাং কয়ানা
তামনা মোমোন নোকলিবা
মতম পূম্বদা বিনাগী নুংশিবা শুরনা
থুন্মৎলিবা তাইবং মায়াবু
অপীকপা মোল্লবা খোঞ্জেননা
ব্রারি শানরিবা
অদুগুম্লবা তাইবংপান অমা
উরি ঐগী কলপনাগী মঙলান্না।।

তাং ০৯/১১/১৯৯৯

# কায়নবা

পিরাং কয়া চেন্থরম্মী
মিৎলুশিংদা মীওইবগী
য়েংনদুনা অমগা অমগা
লেপনরম্মী উপাই লৈতনা
হৌখ্রবা ৱারীশিং নীংশিংননা;
ৱাহৈ অমা ফোঙওমদা
লেপনরম্মী, অদুগা
লোন্নরম্মী মরোল পিরাংশিংনা
য়েংনদুনা অমগা-অমগা মিৎলুগী
মিকুপ অদু য়ৌরকলম্মী কায়নবগী
পিরাংনা ফুঙ্গৎলবা খৌনাউদগী
কায়নরবা মরূপকী
থোরকলম্মী খোঞ্জেন অমা
'চৎলগেকো' হায়না
ৱাহৈদুগা লোয়ননা
কপনরম্মী হীক্লা-হীক্লা
অদুগা অমুকসু হায়রকখি
কায়নরবা মরূপনা
থেংনরমদ্রবদি নঙগা ঐগা
কায়নরমগদ্রা অসুম্না
ৱাহৈদুনা তৈথোকলবা
পিরাংশিংগী মরক্তা
চৎখি মহাক অদু তপ্না-তপ্না
কায়নববু কোন্দুনা থম্মোইদা।
অদুগা মমি শামখি মহাক অদু তপ্না-তপ্না
কায়নবগী মরূপতগী॥

তাং ০৫/০৪/২০০০

# খোঙ্গুল

শাংলবা পুন্সিগী
লেপনাইদ্রবা খোঙচৎসিদা
চৎপা তারে ঐদি অমুক
থাদোক্নুনা মফমসিবু
অদুবু হে নীংথিরবী
তাহৌবনি ঐগী খোঙ্গুলদি
মফমসিদা নঙগী নশাইগোনসিদা।
লাকখিগনি মীরোন কয়া অমা
মুৎখিগনি ঐগী খোঙ্গুলদি নোংম নোংমগী
কাউনখিগনি তাইবং মীরোননা
খঙবিখিরোই মফমসিদা ঐ
ইনীং তৌনা শান্নরম্মী হায়বা।
মঙাওথিবা পুন্সিনা
ইঙাও ঙাওনা লাকখিবনি ঐনা মফমসিদা
নঙগী লৈকোলসিদা
ঙসিদি অমুক হনবা তারে
ঐগী মতম লোইরক্লদুনা।
খল্লুদে নোংমতা পুন্সিসিনা
অসুম্না কায়নগনি হায়বা মরূপশিং
কয়াদা হরাওনা শান্নমিন্নখিবা পুন্সি লিলা
ঙসিদি চৎপা তারে থনমদুনা মফমসিবু।
অৱাবা পুন্সিগী তাঙ্কক কয়া
নোকখিবনি মরূপশিংগা লোয়নদুনা
কাউথোক্লুনা অৱাবা খূদিং;
খল্লুদে নোংমতা

মফাং মফাংনরবা পুন্সিনি হায়বা
কিখিদবনি তাইবং পূন্বা
ঐখোয় অমত্তা ওইরিঙৈ
খল্লুদবনি নোংমতসু
অসুম্না শোন্থরক্কনি হায়বা পূক্নীংনা,
অদুবু ঙসিদি শোন্থরবা পূক্নীংসিনা
পেহৌ পেহৌরি থম্মোইগী লকাদা।
অঙকপা পুন্সিগী লিলা কয়া
শান্নখ্রে ইঙাও ঙাওনা
হৌখ্রে পুন্সিগী তান্ককসু
তামনখ্রনি নঙ ঐসু অসুম্নমক
অকাউবগী লৈরোন্নুংদা লূপথখ্রনি পূম্নমক
অদুবু হে নীংথিরবী
তাহৌবনিকো মফমসিমক্তা
নঙগী নীংথিরবা নশাইগোনসিদা
ঐগী খোঙ্গুল॥

তাং ১৮/১০/২০০৩

# মেরাগী তরামরিনি পানবা থাজ

থাবলনা ইপোম হৌরবা
মেরাগী তরামরিনি পানবগী
মপূং ফারবী থাজনা
ব্রাতোল তমলকলি, অদুগা
লীৎশিল্লক্তুনা ঐগী থোঙনাউদা
ঈথক হৌহল্লি থম্মোইবু।
অহৌবা অরোইবা নাইদবা
নুংশিবগী মরু ফংনা মুখৎখ্রবা
অভিশাপনা তাঙ্গোই তাখ্রবা
কল্পনা অদু ঙসি
ইনৌ নৌনা চোংখৎলকলি থম্মোইদা,
লৈচিল পাকত্ত্রবা শেংলবা অতিয়া মকোয়
অমকপা য়াওদ্রবা মেরাগী থাজ
নঙতগী ফজবা য়েংন-য়েং
নিংথম কালেন কয়াগী চৈথেং পীরম্লগা
চৎখ্রে চহি কয়া অমসু ইফমদগী,
ঙসিসু অমুক নৌহৌনা
ঐগী তূমলুরবা য়েন্নীংগী
নুংওনবা ব্রারীদু
ইরোন্নুংদগী ফাওগৎলক্লদুনা,
ওৎলরনি থম্মোইদা মনীং তৌনা।
যুগ কয়াগী ইতিহাস পুরদুনা
নঙ লাকই চহী খূদিংগী
অওনবা নাইদ্রবা থম্মোইদা
নঙনা তত্তনা ঈথক হৌহনখি

ঙসিগী অসুম্না কয়ারক থেংলখি;
পূম্নমক্কুগী নীংথিবা শক্তম কাউদ্রি ঙসিসু
অদুমক্কদা ওনবা নাইদ্রবা থম্মোইসিনা
হন্না হন্না মিয়াৎ তারবা অমগুম
মল্লবা থোঙনাউসিগী মরুমদা লেপতুনা
নঙবু মপূং ফানা য়েংজবা ঙমজদবসিনা
পুন্সিগী মহাও ওইহনবগুম ফাওরি ঙসিদি।
ফোঙদোকখিদ্রবা পুন্সিগী লোৎশিনখ্রবা ব্রারীগী
ময়ায় কাহনবা কায়না পিরাংসিনা
নঙবু য়েংলগা খাঙলিবা চৈনাসিনা
পোকহল্লি ঐবু নুংঙাবা
নীংশিংহল্লি মাবু তত্তনা,
মসি নত্রা ঐগী লাইবক
মসি নত্রা নঙনা তত্তনা কাইহৌবা লাকখিবা
ঐগী খাঙঙমদ্রবা নুংশি চৈনাগী
মরু ফংলবা বিধাতাগী বিচার।
নঙগী লেপনাইদ্রবা খোঙথাংনা
ঐগী থোঙনাউ ব্রাংম লানখিবা
মিকুপতুফাওবতনি ঐনা য়েংজবা
মিকুপতুখক্তনা ঐগী মপূং ফারে
অহিং চূপ্পা লোয়নরগদি নঙগা
নঙ কৈদৌনুংদা তাদুনা লৈথোকপা ঙম্মোই
ঐগী মনীং তৌরবা কায়না চৈনাগী তেংথাখোল
মদুমক্তনা নঙ মিকুপসিফাওবা পন্থনীংদনা
চৎকনি ঐগী থোঙনাও ব্রাংমা লান্ননবা
ঙসিদি অমুক নঙনা চৎখিবগা
লোনশিল্লগে ঐগী থোঙনাউ
মতম পূম্বগী।।

তাং ২০/১০/২০০৩

# থোঙনাউসিগী শক্তম

লৈচিন থারবা অয়ুক্কুদা
ঐনা চৎলম্মী অশংবা ফৌগী লৌবুক ময়ায়দা
শাংনা শন্দোকখিবা খোঙলম্বীদুদা
অদুগা নঙনা ঐগী য়েৎথংবা নাকন্দা
লোইনাইদ্রবা নুংশিবগী ব্রারী শানা-শা,
অয়ুক্কী অতিয়াদো অদুক্কী মতিক শুম্হাৎলম্মী
অদুগা কোরৌগী মশেক্কু অদুক্কী মতিক মেঙলম্মী
অথাবা লৈচিলগী মপৈদা য়ৈররবদা;
অদুগা নঙগী নুংশি ব্রারিদুনা
অদুক্কী মতিক নুংওলহল্লম্মী ঐবু
মদুদি ফৌনাশিংনা ইবানীবু উরগা
মালং ইপোমদা জগোই শারি
অদুগা অঙৌবা উরোকশিংনা
নেম্ব্রাননা পাইরি
ইবানীতগী ব্রারি তাননবা;
নঙনা ঐবু অসুক য়াম্না লুনা তৌবীরম্মী
মদুদি নঙগী শুম্হাৎলবা মিৎসনানা
ঐগী মিৎসনা অনীবু মিকুপমত্তসু
লৈথোক্কুনা য়েংহন্নীংলমদে
শুম্হাৎলবা অয়ুক্কী ফজবদুমক,
নঙনা ঐগী লেংজুমদা কোনবীরম্মী
অদুগা লৌবুকশিংনা ওইরকলম্মী
নীংথিরবা লৈরাংশিংগী লৈকোল,
লৈচিলগী মপৈনা উল ওল্লদুনা
তারকলম্মী লশিং মফোলগুমনা মালেমদা

অদুগা নঙনা ঐবু চেজেৎ কোনশিনবীরদুনা
চূপ্লিরম্মী নুংশিনা;
উইশিনজরম্মী ঐগী মিৎসনানা তপ্পা
মতমদুমক্তা অহিংদুমক চৎখিরম্মী নোংচুপকী চীং নাপোমদা
অদুগা য়াকাইরকলম্মী কোরৌহনবনা তপ্পা
পাঙথোকচরম্মী ঐগী মিৎসনাসু
মতমদুদা উরকলম্মী
সনা অহিংবা মচুগুল্লবা
কোরৌহনবদু ঐগী থোঙনাওদা।।

তাং ২১/০১/২০০৪

# মমি শামখ্রবদা

ঙক্সা পুন্সি ঐনা মাবু নুংশিরি
মাগী নুংশিবদা
পুন্সিগী পূম্নমক কাউথোকলি
শুপ্নতগী মাগী নুংশিবদুগীদমক্তা
ঙাইবদা চোকথবা নাইদ্রি পুন্সি
অদুবু মসিবু করিগীনো
করিগী ঐনা মাবু নুংশিরিবা
মাগী নুংশিবগী মঙলান্দা
পুন্সিগী আশা থাউমৈ ওইহল্লিবা
মাতনা লমশাং চৎপগী
খৌগংলবা পুন্সিগী
অমৃত্ত ওইহল্লিংবা
মসিবু করিগীনো?
ব্রাহং কয়াসিনা
ঐগী পুন্সিবু পোত্থাহন্দ্রিবসিনা
পুন্সিগী করন্বা চৈথেংনো
পুন্সিগী চৈথেংসিনা
ঐবু কয়া য়াম্না চৈথেং ফংহনগদৌরিবা
নৌরবা যৌবনগী অয়ুক্তা
তনৌরবা অঙৌবা উরিগী য়েন্নীংনা
তাইবং অমৃত্ত ফংদ্রবদা
পূম্নমক মাঙখিদুনা
য়েংনিঙবা পোক্ত্রবা
ফজবা লৈত্রবা
চন্নফম লৈত্রবা

লৈতেং য়াওদ্রবা পাম্বী ওইনা
কালেন নুংশা মরক্তা খাঙবগুম
নৌনা হুমদোকচরকপা
পুন্সিগী অনৌবা য়েন্নীংনা
কংথরক্লবদা
ফংখিবা খাঙঙমদ্রবা চৈথেং
চৈথেংসিনা ঙসিসু তেংথারি
থূপলবা থম্মোইগী কাচিন্দা;
মসিনা করম্বা পুন্সিগী
শোয়ফদ্রবা কালনো?
মসিখক্তগীরা নুংশিবা
নুংশিববু থব্রায় হকচাং চঙনা
ইথাদা কোনশিনজরুবা
চোকথবা নাইদনা শাগৎচখিবা
মাগী নুংশি আশা
মাগী নুংশি মঙলান
মসিখক্কীরা মী-ওইনা ঐনা
নুংশিবা হৈরুবা
মসিখক্তগীরা যৌবনগী অয়ুক্তা
মোমোন নোক্লা ঐনা
যৌবনতবু
বসন্তগী হৈনৌ মপান হেক্তুনা
কাম কৌবা লাইদা কৎতুনা
পুজা তৌদুনা নিজখিবা॥

তাং ১৮/১২/২০০৪

# গঙ্গা তোর্ব্বান্দা

ঐনা চৎলম্মী গঙ্গা তুরেল তোর্ব্বান্দা
য়েংনা-য়েং গঙ্গা'ই ঈচেলবু
পূকচেল তপ্পলবী গঙ্গাগী ঈচেল
অরূবা লায়জ, অঈংবা নুংশিৎ
তোর্ব্বানগী নুংশিবা মহৌশা
পূম্নমক্কুগী মরক্তা
উরকই ব্রাহ্মোংগী
শুন্মৎলবা শাথেক্কা লোয়নবা জগোই
অমংবা নোংনা অতিয়াদা
মথক মখা ওল্লিবা,
অশংবা লৌবুকশিংনা
পাক্লা শন্দোকখ্রিবা...
লেপনাইদনা চেম্থরিবা
গঙ্গাগী ঈচেন্না,
নীংশিংলকই ঙসি উরুরগা পূম্নমক
মতম কয়াদগী নীংলকলবা
ব্রাখল অমা থম্মোইদা
অশেংবা পুন্সিগী মঙাল অমখক
থম্মোইদা ফাওরকই,
ঙসিগী মিকুপসিদা
কনা চৎনদ্রবা গঙ্গা তোর্ব্বান্দা
চৎলম্মী ঐনা
য়েংনা-য়েং
পূকচেল তপলবী
গঙ্গা তুরেনগী ঈচেলবু॥

তাং ০৫/০৩/২০০৫

# নঙতগা লোয়ননা

পাইমিন্ননীংঙি ঐনা
তুফাং খপ্পা
হাঙল অতিয়া মকোয়দা
মালঙ ইপোম শাহুমদা
নঙগা লোয়ননা
নুংশি ব্রারী শান-শা;
ব্রাহোং অমোমনা খৌরাংনা
ব্রাহোং লাবগী মতু ফন্দোকপা
জগোইবু ঙাইদুনা
মিলন রস ফংননবা
অমুবা অমংবা নোংতবু খৌরাংজবগুম
ঐনা খৌরাংজে
নঙগী নুংশিবতবু,
ইনীং তম্না জগোই শাথেক্লনা
মালঙদা পাউজেন্দুনা
ঐগী নুংশি ব্রারীবু
তাইবং শীন্না তমজনীংঙি
নঙতগী নথাদা ওইনজবগী
ওইনা ব্রাহৈতনা
পুন্সি খোঙথাং ওইনা চৎহনজনীংঙি
শাংলবা পুন্সিগী ইতিহাসপু,
ইনীংতম্বা নুংশি লান্মী ওইনা
যুগ কয়াগী নুংশিবগী ইতিহাসতা
থোঙ ঙাক্লনা লেপমিন্নজনীংঙি
ঐনা নঙতগা লোয়ননা
নঙতগা লোয়ননা॥

তাং ০৫/০৩/২০০৫

# পূক্লীংগী লানফমদা শান্তি

পুন্সি চৈথেং কয়া
খাঙন-খাঙনা ঙসিসু
ঐনা নঙবু নুংশিবগী
লোইনাইদ্রবা ঈপাকয়াইসিদগীদি
মমি শামহনখিবা ঙমদ্রে ঙসিসু
নঙগী নুংশি শক্তমদু,
মতম কুইনগী তুংসিদা
ঙসি ইখঙ খঙহৌদনা
ঐনা নঙবু উজরম্মী
ঐগী খোল্লেন মঙলানদা;
নুংশিদ্রা পুন্সি
অঙকপনা থল্লি
ঐনা নঙতবু নুংশিজখিবগী
ব্রারীশিং অদু,
বিধিনা তমখিদবরা
নত্রগর্না ইশামক্লা মাঙহনখিবরা
নত্রগনা কাল কৌবা লাইগী
মঙাওথীরবা কাংখোং চাইবনা
চাইখায়খিবরা
ঐ ঙসিসু খঙবা ঙমদে
ঐনা নঙগা কায়নখিবগী
লোইনাইদবা চৈনা অদু
কায়নবগী পি শিন্থু শিন্থুনা
করিগী ঐনা চীন্বান্দা
মোমোন নোকননবা হোৎনখিবা;

কায়রবা থম্মোইদুনা
তাইশিন্নবা য়াদনা
ঙসিসু অসুমনমক লৈরি লাকানুংদা
নিংথম কালেন কয়াগী চৈনা খাঙনা
যৌগংলবা নুংশি লান্মী ওইনা
ঙসিসু ঐনা নঙতবু নুংশিবগী
নুংশি শৈরেং লেংবা লোইদ্রি
মসিনা করম্বা
পুন্সিগী খাঙঙমদবা অপাম্বনো?
অহিং কয়া অমা
ঐনা কপখি অসুম্না
কনা খঙহন্দনা
ইতোমতমক অথেঙবদা লোন্না
মিৎলুদগী চেন্থরকপা
অশাবা পিরাংতনা
ইমিৎ পাঙবা ঙমদনা থূপখি
নুংহিক্লরবা তেংথাখোন্না
ইতোমতমক ব্রারৌখি
খঙদে করিগী
ঐনা নঙবু অসুক নুশিরুবা,
ফরে লেপলগে অমুক
ইররোই পোত্থারগে পুন্সি
মিকুপ অমত্তং শান্তি ফংননবা
পূক্নীংগী লানফমদা
কাউথোকপা তমলগে পুন্সিবু
নুংশিববু॥

তাং ২৭/০৪/২০০৫

# ব্রাশক অমসুং অনুতাপ

নুংশিবগী লোইনাইদ্রবা
কল্পনানা থম্মোইদা
অনৌবা ময়োল কয়া চোংহনখ্রবদসু
পুন্সিনা ঙসিফাওবা তাথীরি
খল্লি কান্নদবা মঙলান ফূরানি
ওইদবনি, তাৎনি, শাশিন্নবনি
অদুবু কাউবা ঙমদ্রে ঐনা
শুপ্লতগী নঙবু
নঙগী নুংশিববু;
মপোক কয়া চৎকনি ঐনা
পুন্সি মরুভুমি কয়া
লানগনি ঐনা
অদুবু... থাদোক্লল্লরোই অসিমতংদি
নঙবু থম্মোইনুংসিদগীদি;
মিৎলুগী পিরাং কয়া শীন্থদুনা
অহিং কয়া তূমদনা
ঐনা অসিতমক নীংদুনা লাকখি
'নুংশিবতমক',
হকচাংগী তু-চুংলি হৌজিকসু
কাউথোকপা ঙমদ্রি নুমিৎতুবু ঐনা
শোকপা ঙমদবা অকিবা ফাওনা
নঙনা লেপলখি ইমাঙদা মুর্ত্তিগুম,
ইথন্তমক হৌজিকসু জ্ঞান য়াওদ্রি
করম্না ঐনা নঙবু উরগা
লম্মুক্লখিবা
করম্না কায়খিবা পুন্সিগী
চেকশিন্না ঙাকচরকপা ব্রাশক অদু

নঙ নীংশিংলিদরা
ঐদি কাউদ্রি ঙসিসু
নঙগা অহানবা খেঙনখিবা
নুমিত্তুগী থৌদোক্তু
মকচিনবা নাইদ্রবা ময়েকতা
হৌজিকসু ময়েক লানা তারি
থম্মোইগী কাচিন্দা...।
নীংঙমদ্রবা থম্মোইনা ব্রাশক অমগীদমক
নুংশিজবা নঙবু য়েংখিদবা তাখি
খল্লি থম্মোইদা মসিনা ফরবনি
অদুবু করিগীনো
ঐনা খাঙঙমদনা কপলিবা,
পুন্সিগী খোঙথাং খূদিংদা,
মসিনা লোয়চেন্নবা ব্রারী ওইনা
ঐবু নঙগী নুংশি শরৈ মনুংসিদগী
নাম্থোকপা ঙমহন্দনা চৎহল্লিবা;
ফরে পূন্নমক ঐগীনি
ঐগী বিথিনা শেম্বীবা
পুন্সিগী শোয়ফদ্রবা ব্রারীনি
ঙসিদি চৎলগে লাপ্না
লেপ্লররোই লম্বীদুদা অমুক হন্না
অদুবু হে মরূপ
করিগুম্বা মতমদা
নীংশিংবীরক্লবদি ঐবু
হংবীরকউ লৈচিলদা পাউথাঙদুনা
করম লেল্লি হায়না ঐবু
চোকথরুরবা হকচাং তেকখৎচগে
কান্নররোইদবা নঙগী ব্রাহং তারগা।।

তাং ৩০/০৩/২০০৫

# নুমীৎ অদুগা থা

পুন্সিসিদা মমি ময়াম অমা
তাপ্রে লোইনাইদনা
নীংশিংবা ময়াম অমা
নীংশিংদবসু কয়া অমা
ময়ামসিগী মরক্তা
ঐনা নুমীৎকুম্না য়েংঙমদবা
অরংবা মঙাল অমা
উপ্রে অদুগা মাগী মমিদুবু
থম্মোইনুংদা লাৎতুনা থমপ্রে
খঙঙমদে ঐ অহানবদা
করম্বা নুমিৎনো ঐনা
মাবু থম্মোইনুংদা অসুক
লাৎচখিবা চেকশিন্না,
লংঙি মাগী মঙালসি
খল্লি পুন্সিদা
অসিগুম্না লংবা মঙাল অমা
মদু ঐ উবা ফংদ্রি ঙফিওবা;
মিৎ অসুক্কী মতিক থক্কৎপ্রে
মাবু মিৎচিসিনা
হন্না ফাওবা য়েংলুবা ঙমলমদে,
মঙালদুনা থম্মোইদা
লোইনাইদবা কোচি থাংহনপ্রে
মদু খঙখিদবনি ঐ
অদুবু কাইনথংদা ঐ খঙজরকই
মমিদুগা ঐগা অসুক য়াম্না অসুম্না
লাপথোক্লনা চৎখিরম্মী

অদুমক্তদা মমিদুদি
অদুম্নমক থম্মোইদা তাদুনা লৈহৌরি;
ঐ শোকলুনীংখি মমিদুবু
কয়ারকসু কপখিবনি অহিংদা লোন্না
তমখিবনি অহিংগী থাজদা কয়ারক
লংলবা নুমীৎকী মঙালদুগী
লোইনাইদবা মতিক মগুণ
অদুবু খঙদে ঙসিদি ঐসি
কয়ামুক নকশিন্নরম্লবা
থাজগী শুদ্ধৎপা মমিসিগা
থাজবা ঙমদ্রি হৌজিকসু
ঙকই অদুগা শোল্লি চীন্বান্দা
নুমীৎকী পামজবা মমিংদুবু
অদুবু মদু নত্তে নুমীৎকী মমিং
মদু ওইরম্মী থম্মোইসিদদি
থাজগী নুংশিবা মমিংদু
তপ্না তপ্না খঙঙকই
নুংশিবনি হায়না অদুবু থাজবা ঙমদে
নুমীৎপু নুংশিজখিবগুম
নুংশিগদরা হায়না থাজবু
অদুমক্তদা মসিমসু হায়বা ঙমদ্রি;
থাজবু মিকুপ খূদিং
থম্মোইদা অয়েৎপা লৈতনা
লাক্তুনা থমখিদ্রি হায়বসিসু।।

তাং ০১/০৭/২০০৫

# নোংথাঙ

নোংমা উখি
জাৎ মান্নদবা নঙ
ঐগী মফম খঙদবা
অঙাওবা অহিংগী মঙলানচাদা
বরগী নীংথিরবা ফিজোল শেৎতুনা
নঙনা অঙৌবা শগোল তোংদুনা
লাকখিবদু ঐগী কোম্হোঙদা
ঐগী নুংশি লৈপুন শেমননবা
চৎনবীনা পুনশিনখ্রবা
জাৎ বিজাৎনা থৎখ্রবা
তাইবংগী চৎনবী পূম্বা
থাবা তাখি নঙনা ৱাইথুংনরবদি;
মিপাই ৱাখন্না
তহা-তহা
চেন্নবা থৌরাঙ তৌখি
লৈপুলগী পুজা থাদোক্কুনা
অদুগসু নোংমগী মঙলানচাদা
ইখঙ খঙহৌদনা নঙ লাকখি
ফিজোল অদুমক্তদা শগোল অদুমক্তা
অঙৌবা লৈরাং পরেং থোল্লদুনা
লোন্না য়েংলম্বনি ঐনা নঙবু
অদুবু হে মীরম'চা
নঙনা ঐগী ঙকশমদা
হুকখি অঐবা লৈরাং পরেংদু,
পিরাংনা ইশা পূম্বা চোৎতুনা
কয়া নাম্থোকননবা হোৎনখি ঐনা

নঙগী নুংশি লৈপুন্দগী
উপাই লৈতনা ঐ
নঙগা লোয়ননা
অথোইবা মুনিবরদগী
নঙগী ঐগী য়াইফ মঙ্গল নিবা তাখি
ফিমন থাবা তাখি ঐগী জাৎকী
নঙগী জাৎকী
অনৌবা ফিজোল হোং
ইনৌতা নৌনা ইকাই ইকাইনা
ঐ নঙগী সংসারদা তিনবা তাখি
কয়াদা মীনৌ ওইবা ঐসে
নঙগী জাৎতুদা
কয়াদা ব্রাবা হিংননবা হোৎনবদা
কয়াদা মিপাইখিবা মিকপ থোক্লকগা
শোনখি চীনবান্দা নঙগী মিংলেন
অদুমক্তদা,
নোংথাঙগা লোয়ননা
ইমাঙদা লেপলরিবগুম তৌরি মমি শামিনা।

তাং ২৬/০৮/০৫

# মতম চূপ্পদা

অয়ুক্কী অরংবা সনা মচুগী
হুমদোকলকপা কোরৌগী মশেক্তা
ধুপকী মৈখুনা অতিয়া তমলিবা
নঙগী নাম শোন্ন শোন;
য়েংজনীংনা নঙগী শাথেক্কা লোয়নবা
জগোই খুথেক উর্বসিগী
খৌরাংনা ঙাইজরিবা ঐগী মিৎসনা;
অয়ুক্কী কোরৌগী মশেক্তা
তান্থা চানা খোংলিবা বীনা
বীনাগী সুরদা তনৌ তনৌ পাঙলিবা
নঙগী থম্বাল লৈকাগুম শুক্ষৎলবা মিৎসনা
মিৎসনাদুগী মিৎচি তেন্দোং
তেন্দোংদুনা পাল্লকপা ঙাইরিবা
ঐগী থম্মোই
থম্মোইসিবু খঙবিয়ুনে
হে শকউদবা থম্মোইনা লাৎচরিবা নঙনা,
ঐনা ঙাইজগনি নঙবু
খূৎতা অথনবা ঈশিং পুন পায়রদুনা
অঙাঙবা গুলাপ লৈগা লোয়ননা
পুজাগী পোৎলম শুনা হাপ্পা;
হুকচগনি ঐনা নঙগী ঙকশমদা
থব্রায়না তাজনা লেংজবা লৈরাং পরেংসি,
শুক্ষৎপা নঙগী ফজবা কল্পনানা
সনা অহিংবগুম ফুদোংলদুনা
তনৌ তনৌরবা ফজরবা তাইবংপালগীদমক
'ঐনা ঙাইজগনি নঙতবু খৌরাংনা
অহিংবা থব্রায়দা তোংদুনা মতম চূপ্পদা॥

তাং ২৪/০৬/২০০৮

# অয়ুক্কী সনা অহিংবা মঙান্দা

কর্ম্মক্ষেত্রসিদা; মিকপ থোকনরবা
তাইবংপালসিদা
মিকপ থোকলসি ইচিল ইনাওশিং,
হিংবগী স্বাধিনতা
ফংনরবা জগৎসিদা
লাকঙম ফাঙমদ্রবা
তৃমখুল তালহল্লুরবা
থৌনা অদু মীওইবগী
হৌদোকলসি অমুক;
ইকলসি মৈ অখাঙ কনবগী
চোকথবা নাইদ্রবা মচিংগা লোয়ননা
চোংথোকলকননবা মহাক
চাউখৎপগী খম থেংলবা
সভ্যাতাসিদা।
য়েংঙুনে নীংথিবী
সনরিক পরেং থোল্লিবী
ফজবগী ফোঙদোকফম নাইদবী
নীংথিবীসিগী মিৎলুদা
অহিং অরৎ অখম নাইদনা
চেন্থখিবগী পিরাং ঈরিক
চোৎলিবসি হৌজিকসু
নীংশিংলিবরা মহাকসি
ইমাদুনিনে ঐখোয়গী,
মতু মমান ইপোন পোন
লেপলিবসি মপাংশিংগী মরক্তা

ইকাইবনা মায়থোং লাংশিন্না;
কদায় কাউখ্রবরা নহাকপুনে অথৌবা
অদুগী ইমাগী তম্পাকথক্তা য়াতারিঙৈ
পাবুংগী মনমদা তোংলিঙৈ
ইবেনগী চাকঙাই ৱারি তারিঙৈগী
লাকঙম ফাঙমদ্রবা থৌনাগা লোয়নবা
মীনম শোরি য়াদবা
অশেংবতমক পান্বা
অচুম্বতমক লাৎচবা
লাকচ খূদুম চনবা ঙমখিদবা
ঐখোয়গী ঈ-শিংদুগী
থৌনা ফবগী ৱারীশিং
কাউখ্রবরনে নহাকপু;
কপমিন্নখিবদায়নে ঐখোয় পূন্না
থা থোকখিদ্রবা অহিংশিংদুগী
মিকপ মিরাওখোন্না থল্লবা
তেংথাখোনগী ৱারীশিংদু তারগা
ঐখোয়গী ইমানা মীখা পোনখিবগী,
অদুগা হায়য়ুনে লৈবাক নীংবশা
করিগী ফিজং মরুমদা
ফিজিগী কিশি লূমননবা
নখূৎ ইখূৎ লামথোকননা
অরোন ৱারীবু শান্নদুনা
ফজবগী মথক্তা মচু শঙননবা
হোৎনরিবা খূৎশেমশিংগী
কাউখ্রবরা নখোয়বু
নখোয়গী অশেংবা পুৱারি;

লাউ চৎসি
থাংসি খোঙসি লেপ্তুনা
থিরুসিনে ঐখোয়গী সম্পতি
চীংলোন মাপলনা কোয়শিনবা
সনা থোকপা লমনি হায়নখিবা
ঐখোয়গী অশেংবা ইরলশিং;
ইশাগী হুমাংমননা হিংবগী ইনীং তমলবা পুন্সি
মীখা থাদ্রবা নুংঙাইবা
কাউখ্রবরনে ঐখোয়বু;
লৈরি ঐখোয়গী পূক্কে
হৌজিকসু চোন্না
তৃমখুন তানখ্রবা ঐখোয়গী
মচিং মশোন নাইরবা
থৌনাসি হৌদোকসিনে
অমুক্তং;
লাকঙম ফাঙমদ্রবা থৌনাগা লোয়ননা
হৌগৎলসিনে ইচিল ইনাওশিং
অয়ুক্কী সনা অহিংবা মঙান্দা;
য়াকাইরসি অমুক
কর্ম্মক্ষেত্রসিদা নীং তম্বা ফংনখ্রবা
তাইবংপালসিদা॥

তাং ১১/০৭/২০০৮

# বিদ্রোহিনি ঐখোয়দি

বিদ্রোহিনি ঐখোয়দি;
লানবু হৌবা মীওইবা জাৎকী,
বীদ্রোহিনি ঐখোয়দি,
চৎকনি ঐখোয়না অরেপ্পা লৈতনা
চঙগনি থোঙজিন খূদিংদা মীওইবগী
থিনগনি থোঙজিন খূদিং থম্মোইগী
অদুগা হৌদোক্কনি ঐখোয়না
তূমখুল তালহল্লুরবা নুংশিবা হায়বদু থম্মোইশিংগী,
পুদুনা চৎকনি মৈরা খুত্তা
চুখৎকনি মফম খূদিংদা
ঙালহনগনি অরংবা মঙালগা লোয়ননা
থা থোক্কবা থাশিগী অহিংদুসু
বিদ্রোহিনি ঐখোয়দি
লানবু হৌবা মীওইবা জাৎকি,
শন্দোক্কনি তাইবং পূম্বদা
লোইনাইদবা অশেংবা থম্মোইগী
মপূং ফারবা মীনুংশিনা থনবা
থৌজালগী মিৎয়েং অদু
ঈংহনগনি মালেমবু
অমৃত্ত লায়জ শীক্তুনা;
কালেন মৈশা লিশিংনা চাকথোকপগী
শান্তি ফংদ্রবা কংশিল্লবা চীম্বান্দা
নোকহনগনি মোমোন মীনোক
বীদ্রোহিনি ঐখোয়দি
লানবু হৌবা মীওইবা জাৎকী,

শান্নহনগনি পীক্লিবা অঙাংশিংনা
অশংবা অতিয়াগী মখাদা
মনীং তৌনা খেকনা খেকনা নোক্তুনা
অমোনবা অশংবা নাপীথক্তা
উহনগনি তাইবংদা
ফোঙদোকফম খংদ্রবা অপেনবনা থনবা
নুংশিবনা পাথোকলবা
নুংঙাইবা অদু,
পায়হনগনি মখূৎশিংদা পীকলিবশিংদুগী
অথিংবা য়াওদ্রবা মীওইবগী
শাগোন্নরকলবা নীংতম্বগী ফীরাল
হাইহনগনি মনীং তৌনা
মালঙ ঈপোমদা;
চৎকনি ঐখোয়না অরেপ্পা লৈতনা
থীনগনি থোঙজিন খূদিংদা থম্মোইশিংগী
চিংদুনা পুগনি নুংশিববু থম্মোইশিংগী
অদুগা শন্দোক্কনি নুংশিববু তাইবংপানদা
বীদ্রোহিনি ঐখোয়দি
লানবু হৌবা মীওইবা জাৎকি॥

তাং ১২/০৭/২০০৮

# মমি অমা

ঐনা উরম্মী
অশংবা লৌবুক্কী নাকন্দা
মখূৎতা পোমশাৎনবা লৈরাং চবুল পায়রদুনা
নোকনা নোকনা মায়থোং মকা লাম্না
হরাওনা ঈশৈ শকলিবী
খোঞ্জেল হৌনা মনীং তম্না
নীংথিরবী নুপী মচা অমা
মনীং তম্না শান্নরিবী,
ইন্নরম্মী অঙাংগী শঙ্গুনা
ফজরবীদুগী মতুংদা
অঙাংগী নুংশিবা খোঞ্জেলনা নিল্লম্মী
অশংবা লৌবুক্কী অচিকপা লম্নাংদুদা,
তিংথোক্লদুনা মখূৎ মচাশিং
লিরি হুমলিবা মালঙদা
পাইরিবা নীং তমলবা চেকলাগুম
অফা অপুন লৈত্রবা;
নীংতম্বগী নুংঙাইবনা পাথোকলবা
মফমদুদা স্বর্গগী
শকলম্মী পীকলিবশিংদুনা
অমত্তা ওইনা নুংশিবা শৈহেক্তা
ঐনা তারকলম্মী মখোয়গী নুংশিবা
খোঞ্জেলনা পাথোকলবা ঈশৈগী সুরদু
অমুক্তা লেপখো নঙগী খোঙথাং
তাওনে খোঞ্জেনশিংসি পীকলিবশিংগী
অয়েৎপা অথিংবা লৈত্রবা

নীংতম্বা পুন্সিদা মোমোন নোকলিবা
লশিং মফোলগুম মোল্লবা অঙাংশিংগী
নোক খেবগী খোঞ্জেনসি
তাওনে নঙবু অমুক্তা,
অশংবা অতিয়াগী মখাদা
অমোনবা নাপীমথক্তা শান্নরিবা
অশেংবা অচুম্বগী মমি
অদুগা ফজবা নুংশিবগী তৃংনফম
অফা অপুন লৈত্রবা
নীংতম্বগী তম্পাক্তা মনীঙ তমলিবা
পীকলিবশিংদু য়েংনা য়েং তুংগী য়ূম্বী;
চৎলম্মী ঐনা
অচিকপা খোঙলম্বীদুদা
নীংথিরবা মহৌশা লাইরেম্বীগী মশাইগোন্দা।।

তাং ২৬/০৭/২০০৮

# লম্মাঙনবা

ঈশৈগী লহরিনা পাথোকলবা
শঙ্গিৎকারগী খোয়থুম খোঞ্জেন্না
শুক্কৎলবা নাপ্পসিনা
অতোপ্পা 'মমুক তাজনীংদনা
মহৌশা কৌবীগী জগোই খূথেক
য়েংননবা হোৎনজরিবা
তাইবং পুংগোয়সিগী
নঙগী কুয়োমনুংদগী য়াকায়রদুনা
ইস! কয়ামুক অরেম্বা তারবা
যুগসিমক্তদা সভ্যাতাসিমক্তদা
ঐগী মিৎসনা অনীসি,
পিরাংনা চোৎলবা মায়থোং
ব্রাকৎফম লৈত্রবা পুন্সিশিংগী
তাবীনবা য়াওদ্রবা থম্মোইগী তেংথা
নীংতম্বা মাঙলবা পুন্সি
হিংবগী অধিকার মৎপিরবা থব্রায়শিং
থব্রায়শিংগী তেংথাতনা
তপ্ন-তপ্না পঙশিল্লক্লিবা নাপ্প
অশোক অপন্তনা হা হা কারবা
চৈনাতনা নাহে চল্লবা
মীওইবা জাৎকি তাইবংপানসিবু য়েংবদা
তপ্ন-তপ্না উশিল্লক্কবা মিৎসনা
মিৎসনাসিনা তাম্না য়েংজরি
হে অমম্বা শকউদবা নঙবু;
অদুঙৈ নঙগী লৈকোলগী

নুংশিরবা লৈনম্মা থল্লবা
মচু কয়াগী লৈরাংশিংনা শাৎলবা
নুংশিবতনা ধর্ম্ম ওইবা
অচুম্বতনা পুন্সি ওইবা
থম্মোইগী লোন্তনা লোন ওইবা
ফজরবা তাইবংপালগী
অরংবা মঙালনা শন্দোকপা
খোঙথাং লূম্না থাং
নাশোল পীক্না ঙাঙনবা
হরাও মোমোনতনা পেন্নবা
তাইবংপানদুগীদমক ঐনা
খোঙশাল্লকখিবনি মফমসিমক্তদা
তাইবং ফম্বাকসিমক্তদা;
অদুবুনে হে শকউদবা
ননাক্তা লাক্কে খনজবা
লৈরাং খুজোক হেক্কুনা
নখূয়াদা কচ্চগে নীংজবা
নঙগী ফজবা তাইবংপানসিগী
শুস্কৎপা ব্রারীতনা নাপ্পদা চিরোনজগে নীংজবা
আশা অদু ঐগী, অরেম্বদা তা
অমম্বা অকিবা ফংলবা
নঙগী ফীভম কায়থরবা লৈকোলসিদা
লম্মাঙনরে ঐ
লমজিংবীনবসু লৈতরে
লমতাকপিনবসু য়াওদনা
ব্রারবা তাইবংপানসিদা হা হা কারবা
নাহে চল্লবা মীওইবগী তেংথাতনা

চরম কংশিল্লে খৌনাউদা
লাকলোগবা চান্নবা
অমম্বসিবু কোকপিদুনা
অনৌবা অরংবা মঙান্না শুম্মৎলবা
নঙগী ফজবা তাইবংপান অমা
উহনবীরোগবা মিৎসনাদা।।

তাং ২৭/০৭/২০০৮

# লাকলমবনি ঐ নঙগী কাদা

চোনজোননরবা ফিজোল খজিক চিংখৎ
খোঙথাং লূম্না লোন্না থাং
অথেঙবা অহিংদা
থাবলনা ফিঙৌ ফৌরবা
মেরাগী পুর্নিমা নুমিত্তা
ঐনা নঙগী ননাক্তা লাকলম্মী
নঙগী নাপদা
নুংশি চিরোনজগে হায়না,
ইকাই থীবীনা
মায়থোং তঙ্খায় খুম
কিজবনা তাইবংবু
তনিক তনিকলিবা থম্মোইনা
নঙগী থোঙজিন্দা থীন্দুনা
হৌদোকচরম্মী ঐনা
থোঙগী পৌরোন থাননবা
নঙগী নকাদা ওইনজননবা;
তাংলৌ থেংল অহিংগী
ইচিক হুল্লবা মতমদা
চৎলম্মী ঐনা
মফম খূদিংদা নঙনা লৈবা;
নুংশিবা নাউশুম ঈশৈনা
নিন্দ্রা দেবীগী তম্পাক্তা নঙনা
য়াতারম্মী নীংঙাইদনা
কাউথোক্লদুনা শুক্মৎপা খূদিংবু,
শোকচরম্মী ঐগী মোল্লবা খূৎশানা
নঙগী মতা ফরবা থবাক্তা
ঐগী চেঙহী মনমনা চূরবা শমলাংনা

নঙগী মায়থোংদা চায়খায়জরম্মী,
মোল্লবা খূৎশানা
নঙগী চোইজাইনরবা শমলাংবু,
তাখৎলদুনা মালঙ ইপোমনা ফূহল্লম্মী
নঙবু মিকপ থোকলকননবা,
নঙদি অদুমনমক য়াতারম্মী নিঙাইদনা
নিন্দ্রা দেবীগী শুম্মৎলবা নাউশুম ঈশৈদা,
অহিং তাংলৌ অথেংবদা
থাজনা ময়ূম হনৱাইরমদাই
নঙগী হকচাংবু নীত্তুনা
হৌদোকচরম্মী ঐনা
নঙগী নাপদা নুংশি চীরোনজরমনবা;
মঙলান অদু নঙগী কয়ামুক য়াম্না চেৎখ্রবা
নঙগী নাপদা চীরোনজনবা
কয়ামুক ৱানা লাকনজবা
পৃথিসিনা খোমলেন মঙফাওনদ্রিঙৈ;
অদুবুনে হে অথৌবা
নঙবু মিকপ থোকহনবদি
ঙমদনা ইখূৎ ইশা থেক্তুনা
চোকথরবা থম্মোইনা
হন্দুনা পুবা তারে নুংশিববু অমুক,
খঙঙি ঐদি অহিংসিনা লোয়রগা
থম্মোই খূদিংগী মরী লৈনদনা
শোকনগনি লানফম কয়া অমা
কাউনদুনা মীওইবগী ধর্ম্মবু
তান্নগনি অঙম্বা অমগা অমগ'
হকচাং খূদিংনা কাউথোকলদুনা
অঙাঙবা ঈগী মচুবু॥

তাং ০৯/০৯/২০০৮

# অয়েকপা লাই

মিৎলুদগী খাঙঙমদনা চেস্থ্রকপা
অশাবা পিরাংসিনা
ঐবু পেনহল্লি
থম্মোইগী মফম খূদিংদা;
ময়াই কারবা নুংঙাইবা অমা
শন্দোকহল্লি হকচাংগী মফম খূদিংদা
মসিদদা ফংবগুম ফাওরি
পাউখুম ফংদ্রবা পুন্সিগী অর্থ,
শমজিন্নবা য়াদবা
লংদাইফম নাইদবা
কিশি কিফম লৈতবা পুন্সিগী
খাঙঙমদবা চৈথেং
চৈথেংসিনা করেম্না নাপল কারিবগুম
ফাওরি থম্মোইদা;
অদুগা অর্থ থোক্ত্রবা পুন্সি
পুন্সিসিগী মচু অমত্তং থিবদা
থিবা ফংদ্রি থম্মোইগী মফম খূদিংদা
মসিনি বিধি
কালনা পামজনা য়েকখিবা
চিত্রকারগী চিত্র
মসিনি পুন্সি
মচু শঙফম লৈতনা
নৈখাইরবা অয়েকপা লাইগী।।

তাং ১৫/১০/২০০৮

# অরোইবা পাউখুম

পিরাংসিগী মনমনা চূরবা থম্মোইসিনা
কাংখল মনুংদা ফিজঙসিগী মরুমদা
নমশিন্দুনা থম্বীখ্রবা অচুম্বা
তাইনফম লৈত্রবা তুশোনবশিংগী চৈনা
চৈনা চৈথেংতনা মহূ কারবা হকচাং
হকচাংসিগী কেমথরকলবা থব্রায় মিরেল
মিরেলসিনা তাম্না য়েংলিবদি
নহাকনি; সুপ্নতগী
নহাক্কী শৈয্যাদা
অরাবা পূন্নমক থাদোক্কুনা
অপেনবা নুংঙাইবগা লোয়ননা
পোখ্বাজবদুনি কৈরেল কৈজাওদা;
অশি মংফমগী
থোঙলোন মাপল লোনশিন্দুনা
হৌদোকপিননবা কনাসু লাকলরোইদবা
নীংতম্লবা পোখ্বাজবদু
মংফম লৈরোলনুংগী॥

তাং ১৫/১০/২০০৮

# হংগী লাইফদবী

শুপ্নতগী মায়থোং অমতমক
উরি মিৎসিনা মিৎমাঙদা তাউরিবা
হংনা শাবা থব্রায় পানবশিংগী
তুহৎপিরবা হংগী লাইফদবী অমা,
ওইহন্নীংবতা ওইহনবা লৌহন্নীংবতমক লৌহনবা
চাবি থাদুনা চৎলবা
পিরাংনা চোৎলবা পুন্সি অমগী
নীংতম্বা মৎপিরবা
মায়থোং অমতমক তাউরি মিৎমাঙসিদা
কিরুক কিরুক য়াথং ঙাইরদুনা
ব্রায়েল কাঙলোনগী
চৎননবা শেম শারিবা,
অথীবা মিংচৎ পূম্বা মাগীনি
লৌরোই হায়বা ঙমজদবা
নুংশিবীবা খূদিংমক তামখ্রবা
চাক্লিবগা শাগৈগী
লাকহন্নীংদ্রবা কনা অমত্তনা লোয়নরিবা মহাক্কা মতম চূপ্পদা
পিরাংনা চোৎলবা শক্তম অমদমক পুদুনা
হিংবগী পোৎলূম নম্থরিবা মনমদা
হংগী লাইফদবী অমা
তাউরি মিৎমাঙসিদা;
তুহৎপিবখক্তনা মশরুক ওইরবা
হংগী লাইফদবী অমা
লৈতেং পক্ত্রবা।।

তাং ১৬/১০/২০০৮

# নীংশিং মমিদা তারিবা থম্মোইসিগী শক্তম

তনিক তনিকলবা ফিজঙগী মরুমদা
অরেপ্পা ওইদবা
কায়গল্লবা থম্মোইসিনা
মিপাইনা শেন্নজরিবদি
শুপ্লতগী নঙনি
নঙগী নুংশিবা শক্তমদুনি,
অকায়বা লীক্লীগী মচেৎতা তারিবা
শমজিন্নবা য়াদ্রবা মমিশিং
মমিশিংদুবু য়েংবদা
নীংঙমদ্রবা থম্মোইনা তেংথাদুনা
কপলবদসু
খঙঙি মসিমদি
শমজিন্নবা য়াখ্রোই হায়বসু,
অদুমক্তদা মপূং ফাদ্রবা
শক্তম মুর্ত্তিদুবু
তনিক তনিক্লবা কায়গল্লবা
থম্মোইসিগী অক্লাদা
ফাজিন্দুনা থম্নবা হোৎনবদা
ময়াই কারবা
নিশাদুনা পোত্থাহল্লিবা থম্মোইসিনা
নোম নোম হাইরিবা ফিজঙগী মরুমদা
মাঙখিবা ঙাইরিবা নীংশিংবদুবু
ময়েক লাহনবা নত্তনা
মপূং ফানা মুত্থৎলমলে হায়বগী
নাপলগী মরুমদা কাউথোকলগদ্রা,
মমি শামিগুম লৈহৌরবা
হৌখিবা মাঙলমচৎকী পুৱারিদুবু

ঐনা মকাদা ওইনখিবগী
মাগী শুঙ্কাৎপা ৱাহৈদা পোত্থাখিবগী
লোয়হন্নীংখিদ্রবা অহিংদুগী ৱারীদুবু
হৌখ্রবনি হায়না কাউথোক্লগদ্রবা
খোঙগুল অমত্তগী মমি ফাওবা
লেমহৌদ্রে হায়রগদ্রা
নীংশিংবগী নীংশিং মমিদা তারিবা
পূক্লিং মিংশেলদা তারিবা
থম্মোইসিগী শক্তম।।

তাং ০৭/১১/২০০৮

# মুক্তিগী অপাম্বা থারদুনা

অলঙ্কারনা কোয়শিল্লবা
মায়াগী ঈপাক্তা তাউরুরে ঐ
ঈরাক্লববু মঙগী ফম্বাক্তা য়াতাবনি খন্না
কাউরুরে ইশানা ইশাবু
মাঙলমচৎপু, পুন্সি ৱাশকপু
লূপলুরে রাজ ভোগতা
মপালথোংগী কূয়োমনা য়োমলিবা,
মুর্খবু সাধুনি খন্না
চরনদুগীদমক মঙলাক্লরুরে
ন্যায়বু অন্যায়না হেন্না লূম্না
স্বধর্ম্মবু থানা
শকলুরে ঈশৈ অতোপ্পগী
অচৎ অওক্কী বিচারদা
অশেংবা মৃতধামবু কাউদুনা
লান্না-লান্না তারুরে
লান্না-লান্না উরুরে
মিকপ থোকলকনবা তনিকলবা
মঙলাক্লরিবা মঙলান্দুদগী
হৌজিকখক্তমক য়াকায়রকলি
শোল্লদুনা নঙগী নামবু চীন্বান্দা
নখূয়াদা চঙজনবা
অপাম্বনা থল্লবা তাইবংদা
মুক্তিগী অপাম্বা থারদুনা
নঙগী চরন সেবাগীদমক।।

তাং ০৮/১১/০৮

# লিরোগবা ইমা পুৱারিদো

হিংনীংবগী আশানা কায়খ্রবদা
তাইনফম খণ্ডদ্রবা থম্মোইনা ৱাকৎলি
কায়থরক্লবা হকচাংদা
নীংঙমহৌদ্রবা হকচাংনা তেংথাই
হৌখিবশিংবু নীংশিংদুনা
কনাগী তেংথা নাচুংদনা
বিধিনা চৎলি অমনবশিং খোমদুনা;
মিৎকি পি মরীক অমতং
তাহন্দুনা শেন্নম্নবা
খোঙ্গুল লীকলম
ঐগী ঈ-শিংনা মমি থিরকননবা
হোৎনজৈ কায়থরবশিংনা
অনৌবা ময়োলগী অনৌবা আশাগী
থাউমৈ ওইহৌনবা;
অদুবু লিননা মখুল চঙলমদাইদা চুম্মী
কাউথোক্লুরমাল্লে মীরোল অসিনা
মুৎলমদাইদা ঙানখৎলকই
কেগামগী থাউমৈনা,
মিকুপ 'মতসু শেম-শাহৌদে
থংনবা পৃংজাগী
মুৎখ্রবশিংদুগী অমম্বদা
তিনখ্রবশিংদুগী উফুল্লক্তা
মাঙথরকই মমি
নোংলৈনা হুম্বগুম
য়েংউনে নীংথিবী

নথাগী পারি চেজেৎ কোন
ফিজঙসিগী মরুমদা
তাহল্লুগবা মমি অশেংবা শক্তমগী
লীরোগবা পুৱারি
পারিশিংগী নাপ্পদা
চিরোল্লোগবা ইমোমশিংগী মকাদা
লৈশাৎ মমি তমদ
লৈনম কৈদৈ য়েন্নি
খোঙ্গুল লীকলম মুৎখ্র
কৈদা থাংনি;
তুংগী লম্বীসু উদ
মাঙগী লম্বীসু মাঙখি
লম্মুকনরি ঐখোয় পূন্না
শেমলোগবা নীংথিবা চারশিং
অশেংবা ঈ-গী অশেংবা শক্তম
কন্ননবা ঈজাতিগী
তাহনবা ঙম্বনবা ঐখোয়গী শুরোলশিংদা
ঐখোয়গী শক্তম মমি
খঙজনবা পৃথি 'পূম্বনা
লৈরম্মী হায়বসু লিংজেল খাবা ফুরুপ অমা
নীংশিংজনবা জাতি খুদিংনা
লিংজেল ফবা জাতি অমা
মশাগী মজাতিগীদমক
পামুবা লৈতবা হকচাংগী ঈরিক
হন্নাইদবা লিংজেলগী মরুমদা
অরোইবা পুংজাগী মিরবা মায়থোংদা
মোমোন নোকনা চৎখিবা

অদুগুম্বা জাতি অমা
লৈরম্মী হায়বদু উৎননবা
কোনশিল্লোনে নথাদা নচাশিং
তম্বীরোগবা ঈপা ঈপুগী
মাঙনাইদ্রবা মরিঙজেল;
নীংশিংজনবা পৃথি পৃম্বনা
শিরমদাইগী শৈয্যাদফাওবা
অপিকপা ফুরুপ ঐখোয়গী
লেঙদ্রবা লিংজেল ফবগী
মুৎনাইদ্রবা ৱারীশিং।।

তাং ১৭/১১/২০০৮

# নঙগী ঈশৈগী লহরিদা

হে ঈশৈ শকপা
নঙগী ঈশৈনা পাথোকহল্লোনে
তাইবংপানবসিবু অমত্তা ওইনা
তাউহল্লুনে নুংশিবগী চাংজৌ নাইদ্রবা
ঈপাক্কুদা জগৎসিবু
থকহল্লুনে অমৃত্ত মখৌ পেন্না
চূপহল্লুনে নুংশিবগী লৈহী
ফংহল্লুনে ময়াই কারবা নুংঙাইবা
তাউহল্লুনে নঙনা পৃথি পূম্বসি
নঙগী নুংশিবগী ঈপাক্তা
হে ঈশৈশকপা
কাউহল্লুনে তাইবংগী খেন্নবা মচু
তিলহল্লুনে অমত্তা ওইবা শক্তমদা
চিংশিল্লুনে ঙম্নমক
নঙগী শ্রী মুখদা
অদুগা থোকহল্লুনে অমুকসু
পোকপা শিবা নাইদবা
আত্মাগী রুপদা
হে ঈশৈ শকপা
তাউহল্লুনে তাইবংপানবসিবু
নঙগী ঈশৈগী লহরিদা।।

তাং ২১/১১/২০০৮

# নঙগী জগোই খূৎথেক্তা

হে জগোই শাবা
নঙগী জগোইনা শুম্মাৎহল্লোনে
মায়ানা থল্লবা তাইবংপানসে
কাউথোকহল্লোনে অপাম্বা,
অশাউবা পূম্বা কল্লকপগী,
মাঙহল্লোনে খেন্নবদু পূক্লীংগী
উহল্লোনে নঙগী লেঙদ্রবা শক্তম
হৌফমসু নাইদবা লোইখিফমসু লৈতবা
নঙগী শ্রী রূপদা
লানবীরোনে পাপিশিংবু
লমজিংবীরোনে ভক্ত, শাধু পূনমক
উৎপীরোনে নঙগী শুম্মাৎপা শক্তম,
হে জগোই শাবা
শুম্মাৎহল্লোনে নঙগী খূৎথেকনা
ঐ ঐগী অলঙ্কারনা থল্লবা
পূক্লীং অদু তাইবংগী;
অপাম্বনা হেল্লবা খোইরাংবদু
মাঙহল্লোনে নঙনা
নঙগী জগোই খূৎথেক্তা।।

তাং ২১/১১/২০০৪

# নঙগী নীংথিরবা তাইবংদা

হিংহল্লুনে ঐবু হে প্রকৃতি
হিংহল্লুনে ঐবু নঙগী নীংথিরবা তাইবংদা
পামদেনে ঐনা অলঙ্কারনা থল্লবা
নঙগী স্বর্গলোক্কী কোন্নুং
পামদেনে ঐনা রাজ সিংহাসন
মীহৌদে ঐনা রাজ ভোগ
কল্লক্কেনে ঐনা মীনাই মীশন্না থল্লবা
পুন্সি অদু নঙগী
মিকুপ খূদিংগী ইনাক্তা কোয়শিন্দুনা
ঐবু পুজা তৌজরিবা;
পামদে ঐনা
মিকুপ খূদিংগী রাজনীতিগী সংসারদা
হিদান্নদুনা হিংজবা অথোইবা আসন্দা,
পামজৈনে ঐনা অসিদমক
অচম্বা পুন্সি
কল্লক খম্বলগী কোচিনা থল্লবা
রাজনীতিগী পল ব্রাংমদা
মোমোন্তা নোক্লা শান্নজবা
প্রকৃতির্গী মরক্তা নঙগী
ঐগী পুন্সিগী চিংনবা থাদোকলদুনা
নঙগী নীংথিরবা তাইবংপানসিদা।।

তাং ২২/১১/২০০৮

# হয়েনা অশি গুহাদা

মতমসি মণিপুরদদি
কলিগী খম থেংলবা
হা হা কারবা খৌগংনরবা
চরামনরবা হয়েনাগী
মতৌগুমলবা মতমনি,
হিংমিন্নসি হৌরুবদি
অপঙবগী লূখমদা
মন্ত্রনা থাবগুম পঙথহন্দুনা
ইথক্তা কাদুনা জগোইদুম শাজিল্লক্কনি
নীংশিংঙু হিংমিন্নসি হায়বা ব্রাহৈসি
কাউথোকলগদবনি ইচিল ইনাওশা
লাইরবা লৌমীশা;
অসিদমক তমগদবনি
অঙম অঙম্বা চাং য়েংনসি
ঐনা ঙম্মে নঙগী ঈবু শান্নবা
নঙনা ঙম্মে ঐবু নঙগী মীওইবা,
থাজরুবগী ইচিল ইনাওগী ঈ মরীগী
থোইদোকপা অর্থ থিবা ফংঙোই
থিরুরবসু নঙনা তিংলুরবসু থম্মোই
হনজিল্লগা খুদোংচাবদি অদুমনমক
ফংননবা তাল্লক্কনি।
ফংনবসু হোৎনখিনি
ফংসু ফংখিগনি
অদুবু নঙগী লাইশোলদি
খুদোংচাবদুমক লৌবা হন্দবা
হল্লুরবা নঙনা,
নীংশিংঙু

নহাক মন্ত্রনা থারবা
পঙথরবা শক্তি মচানি
হয়েনাগী অশি গুহাদা
অঙাঙবা ঈগী নোম নোম হাথরকপা
জগোইগী শৈয্যাদা শারেন তমননবা
পুরিবা অতেবা শিকার।।

তাং ০১/১২/২০০৮

# নীংতম্বা অমা

নীংতমলবনি ঐদি
অফা অপুন লৈত্রবা
থিরিবনি পুন্সিসিনা
অসিগুমনা নীংতম্বগী
নুংঙাইরবা মিকুপতুদমক
খঙবা কনানা পুন্সিদা
ফংলক্কনি হায়বা অসিগুম্বা
নীংতম্বা অদু পুন্সিদা অমুক
থাজরুবা কনানা অসুম্না
ইখূত্তা পায়দুনা চেনজগনি হায়বা
নীংতম্বগী হাইরিবা ফীরালসিবু
খঙখিবা কনানা শকচগনি হায়বা
অপীকপা চীন্বানসিদা
লোইনাইদ্রবা ঈশৈশিংসিমক;
ঙসিদি ঐ ফল্লিবনি
নীংতম্বগী ফম্বাক্তা মহৌশাগী
কৌবীনবা লৈত্রবা করিগুম্বা অমগীদমব
মীওইবা হায়বদুনা ঐবু থিংননবা
হোৎনরিবা মতম খূদিংমক্তা।।

তাং ১৪/১২/২০০৮

# বিদায়গী অয়ুক্তা

ঙসিগী লৈচিল থারবা
অয়ুকসিদা
উরি মিৎসিনা
ময়েক লাদ্রবা নঙগী শক্তমদু,
অদুঙৈ বসন্তগী
তরং তরং ঙাম্নোকলকপা
কোরৌহনবগী সনা মচুনা
শুম্হাৎপা অয়ুক্তুদা
ঐনা খনখি
হূকচগে হায়না
নঙগী ঙকশমদা
সনারিক পরেং নীংথিবা
থব্বায়না তাজনা লেংজবা
অদুবুনে বিধি
কেরৌ অদু নোংদগী
লৈচিলনা থারবা অয়ুক অমতমক
লাক্কুনা লেপ্লরি
ঐগী থোঙজিন্দা
লাকহন্নীংদ্রবা
অরাপ্পা মরী মতাগী
চাকনিবা অমগুম
মনম ইপোন পোল্লবা
থিংলরিবগুম তৌরি
ঐগী নীংতম্বা খূদিংমক,
তপ্না তপ্না মহাক
মমি শামিনা লাপথোকপ্রবগুম
ফাওরি লৈচিল থাংলবা

ৱাউথাংনরবা নিংথমগী অয়ুকসিদা
মহাক অদু ঐগী নুংশিবা
তপ্না তপ্না মমি শামিনা
য়োৎচিনখ্রবা কালনা
ঐগী লাইবক্কী।।

তাং ৩১/১২/২০০৮

# তাইবংগী মচু

কপহল্লুনে ঐবু কপহল্লুনে ইনীং তম্না
অদুগা নোকউ নঙনা মকা লাম্না,
খেন্নবা লৈতে তাইবংগী মচুগী
খেন্নবা লৈতে তমথীবগী থম্মোইনুংদসু
অপাম্বনা থল্লবা মায়াবীদসু
অদুগা নঙোন্দসু, ঐঙোন্দসু
কপ্পা নোকপা খেন্নবা লৈত্রবা তাইবংসিদা,
খঙই ঐনা তাইবংপানবা
খঙই ঐনা নঙবুসু
নঙনা নোকপদসু মিতাজৈ
তাইবংনা নোকপদসু খৌরাংঙি,
পিরাংনা চোৎলবা মায়থোং
পামদে মিকুপ অমত্তসু
থানিংদে মফম অমত্তদসু মহাক্কী ফিদা
হিংবগী পোৎলুমনা য়াম্থরবা
পুন্সি চেঙজেলনা তেনশিল্লকলবা
চাকনিবদুগী জগৎকী আসনশিংদা;
থানীংলিবসি অসিতনি
ইন্দ্রপুরগী ইন্দ্রানিনা
মোমোন মোমোন নোকনা
নঙগী ননাক্তা তমলক্লবদসু
মাবুতনি খৌরাংনা ঙাইরিবা
তরাম তরামলবা মিনোকনা;
মসিনি মীওইবা
মসিনি তাইবংপান
মচু কয়া থোকনা উরিবা
খঙলবদসু

ঈশিংগী মচু লৈতে
লৈরিবদি তাইবংদা
হকচাংদা মাগী ফজবনা লৈতেংলিবা
অঙাওবা হায়বদুখক্তনি॥

তাং ১৯/০৩/২০০৯

# মমি

অহোবা অমখক্তমক
মদুনা মফম খূদিং শন্দোকখ্রিবা
করিগুম্বা শক্তি অমত্তনা
মদুবু মেল্লুনবগী পাঙ্গল থোক্ত্রিবা
অকূংবা লৈনাংনসু
নত্রগনা অশাবা হকচাংগী ফজবনসু
মদুবু মফম অমত্তদা
থিংদুনা থম্বা ঙমদ্রিবা,
অহোবা অদুনা
তপ্না শন্দোকলিবগুম তৌরি
অদুগা অমুকসু তিনশিনখ্রিবরা
শকউদবা অদুমক
অমম্বা নঙগী শক্তমদা
নঙনা ফাওদুনা চেন্দুনা
শান্নরম্বা ননীং তৌনা
খেন্নবা মচুশিংদা কাইদোংলদুনা
অমম্বগী মপৈদা মদুমকনা
হুদুনা পুরিবনি থব্বায়বুসু
নত্রগবু লৈরমগদ্রনে
থম্মোইগীবু লোন অমতমক
অদুগা ধর্ম্মবু নুংশিবা হায়বদুদমক
অদুগা শক্তমবু অমম্বা হায়বদুদমক,
অদুগা মসিমসু খঙঙিনে
নত্রনে নঙসিমকনা
মফম খূদিংদা শন্দোকলিবা
অদুগা তাইবংনদি মফম কদায়দসু উদ্রিবা;

পল লৈতবা, মেনশিনবা য়াদবা
অহোবা অমখক্তমক
অদুনা লৈদুনতসু লৈরিবা
অদুগা লৈবসু উদ্রিবা
অশাবা মুর্ত্তিশিংসিদা
নঙগী খূৎহৈরবা খূৎশাদুমক্কী।।

তাং ২০/০৩/২০০৯

# থব্রায়

ওইরিদরা খল্লি পূক্লীংনা
মসিমক নঙনা শঙজবনি
ননীং তম্না; খেন্নবা অমগা অমগা
মান্নদুনসু মোনালিশাগী শক্তম
অয়েকপা অদুমক্কা য়েকলল্লিবা
শঙলমদুনসু মচুশিংদু অমত্তমক
উরিবদি মিৎয়েং খূদিংগী মিৎসনাদা
লোইনাইদবা শক্তমশিংদা
পূক্লীংদা তারিবা মমিশিংগী,
তুলিকারদুমক্কী খূৎ হৈবনা
পানা থারমদুনসু অঙাঙবগী
নত্রগনা কুঙনা থারমদুনসু
অঙাঙবা অদুমক্কী
উরিবদি লোইনাইদবা মমিনি
অমত্তসু মান্ন ঙমদ্রবা পূক্লীংগী,
হূদুনা পুরিবদি শকউদবা অদুদমকনি
নঙনা মফম খূদিংদা লৈরিবা,
অকাউ পরৈ নুংদগীদি
লৈদুনসু নঙনা
কাউথোকলিবা মতম চূপ্পদা;
অদুগা মোমোনতমক নোকলিবা নঙনা
মায়ানা থল্লবা তাইবং পুঙগোয়সিদা
জগোই ঙাওনা শারিবশিংগী,
নঙনি উবা ঙমদবা
মচু কয়ানা শুদ্ধৎলবা তুলিকারশিংগী
অয়েকপা লাইশিংসিগী মমি
নঙনিনে ফজবা

জগৎনা মিকুপ খূদিংদা নীংশিংনরিবা
লৈদুনসু নঙনা লকানুংদা
পুজা তৌরিবা শকউবা তাইবংদা
থিদুনা চৎলিবা
উঙমদ্রবশিংসিনা মার মারদুনা
নঙবু অমুক্তং উজনবা নীংলদুনা
নঙনি নাঙবা তোংবা নাইদবা
নঙদি হৌখিবম লোইখিবম লৈতবা
নঙনি মতম চূপ্পদা হিংলিবা।।

তাং ২৪/০৩/২০০৯

# নওগী ঈশৈ

অয়ুক্কী অতিয়াদা তপ্না
সনা অহিংবা মচুনা হুমদোকলক্লিবা
শকলদুনা নওগী ঈশৈ
শুক্ষ্মৎলবা নওগী সুরদা
অদুগা থেংলরিবা লৈরাংশিংদা তপ্না
অদুগা লৈশাৎ তমলক্লিবা লৈরাংশিংনা
অদুগা অপীকপা উচেকশিংনা
নওগী কোলোয়বু শকলিবা,
খূৎ হৈরবা নওগী খূৎশানা
থেংবদা য়াকাইরিবা তাইবংনা
উর্বসিগী শুক্ষ্মৎলবা শাথেক্কী
শুক্ষ্মৎলবা জগোইনা
তাইবংবু থৌগল তৌরিবা,
অপীকপা অঙাংশিংগী খোঞ্জেল্না
হৱাও তরামগা লোয়ননা
মোমোন মোমোন নোকলিবা
নওগী থৌগাই পাঙননবা
লিরি হুন্বা মালঙনা
ঈংল মপাউ পুরদুনা
তপ্না য়ৈররিবা হকচাংশিংদা
অদুগা নুংশিরবা বীনাগী সুরনা
নাপ্পদা ঙংলরিবা য়াকাইরোল
হে নীংথিবী নওগী ফজবনা
কূপশিল্লরিবা ঐবু তপ্না
অদুগা মপাল নাইদ্রবা নওগী জগৎতা
তাউথোকহল্লিবা ঐবু ইনীংতম্না
শক্লদুনা লকানুংদা
নওগী ঈশৈ।।

তাং ২৫/০৩/২০০৯

# নঙগী সুরদা

ঐনা চৎলম্মী নাইতোমখক
হঙ্গাম মপালনা পাক্লা শন্দোকখ্রিবা
লৌবুক্কী ময়ায়দা চৎলিবা
অপীকপা খোঙ লম্বীদুদা
য়েংনা য়েং নীংথিরবা তাইবং জগোইবু,
চেল্লিবা অপীকপা খোংলিন
য়াঙগংলবা ঈচেলগী মিরবা সুর
অদুগা অপীকপা নীংথিরবা চেক্লাশিংনা
মনীং তম্লা শান্নরিবা অতিয়া মকোয়দা
অদুগা অমুকসু কেকু লোৎপি
নীংথিরবা হঙ্গাম মপাল্লক্তা,
শন্দোকলম্মী লোইনাইদ্রবা ফজবনা
বসন্তগী মপাউ পুরদুনা
অদুগা শক্লম্মী নুংশিরবা খোঞ্জেলনা
লেঙদ্রবা শৈহেক্কী
শুঙ্কাৎলবা নঙগী সুরদা তান্থা চানা
অদুগা অরাপ্পদনা তারক্লম্মী
অপীকপা অঙাংশিংগী মকা লান্নবা
নোকনা খেনা শান্নবগী
নীংতমলবা খোঞ্জেন
অদুগা চৎলম্মী ঐনা
মহৌশা লাইরেম্বীগী ফম্বাক্তা
য়েংনা য়েং নঙগী ফজরবা তাইবংবু,
অদুগা উখি
কনাগুম্বী অমা
মদোম লৌবুক ময়ায়দা
নুংশিবা ঈশৈবু শকলদুনা

হঙ্গাম মপাল মরক্তা
নাইতোম শান্নরিবী
মহৌশাগী ফজবগা,
অদুগা শকলদুনা
মাগী নুংশিরবা চীন্বান্দা
নঙগী ফজববু শৈথারিবা
মাগী থম্মোইগী লোন্দা
অদুগা পাথোকহল্লম্মী মফমদুমক
নঙগী শুক্ষাৎলবা ঈশৈগী সুরনা
অদুগা অতিয়াদনা সনা মচু শঙলবা
কোরৌহনবনা মাতবু য়েংনীংলদুনা
লেপ্তুনা লৈনীংলিবা,
মাগী মিরবা খোঞ্জেনদুনা
য়ৈররম্মী ঐগী নাপদা
অদুগা চিংশিল্লম্মী ঐগী থম্মোইবুনা
ময়েক খঙদ্রবা মাগী শুক্ষাৎলবা সুরদা শকলিবা
নীংতমলবা ঈশৈগী ঈথক্তা
অদুগা চৎলম্মী ঐনা
নীংথিরবা অয়ুক্কুদা
য়েংনা য়েং মহৌশা লাইরেম্বীগী
নীংথিরবা জগোই
শাথেক অমত্তদা শারিবা
অয়ুক্কী অতিয়াদা
খোংলিবা বীনাগী সুরগা চান্ননা
অদুগা নীংশিংজরম্মী
ঐনা নঙগী নুংশিরবা খোঞ্জেন
চৎলম্মী ঐনা
ইনীংতম্মা
মহৌশা লাইরেম্বীগী ফম্বাক্তা।।

তাং ২৫/০৩/২০০৯

# ঐগী লায়রবগী কাঙলূপতা

শুপনতগী ঐদি
মীনাই মচা অমখক্তনি
লায়রবগী কাঙলূপতা পোকলবা,
অদুগা নঙগী পুজাগীদমক
অপীকপা য়েন্দায়সিদা
লৈরাং চরোং অমত্তসু
মপুঙ ফানা হাপচবা ঙমজদবা,
অদুগা অমুক
ঐগী লায়রবা কাঙলূপকী
ঐগুম্না শোল্লবা অপীকপা নুপীমচাশিংদুনা
যৌরাংনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরিবা
উরিবা মখোয়গী মিৎসনাদা
মপাল নাইদ্রবা লাইগী লৈবাক্তগী
থারকপা নুংশিবগী লাইরেম্বী ওইনা
মফি মরোল ইমোৎ মোৎলবশিংদুনা
ঐবু কোয়শিন্দুনা ফমলিবা
ঐগী নুংশিনা থেমজিল্লবা
থম্মোইগী চমলবা ব্রাহৈশিংদা
মিকপ থোক্লনবা হোৎনজরিবা লকানুংশিংদা
ঐবু মখোয়গী ওইনীংলিবা
অদুগা অপীকপা খূৎশাশিংনা
ঐবু অমুক্তং শোকচনবা হোৎনজরিবা
অদুগা ঐনা নুংঙাইজরিবা
মখোয়শিংদুগা লোয়নদুনা
লৈজবদু মিকুপশিংদু লাকপদা
মখোয়শিংগা উনবগী
অদুগা অপীকপা অঙাংশিংগী হরাওবনা

মিৎকি পিরাং চেন্থহল্লিবা ঐবু
মপাল নাইদ্রবা মখোয়গী নুংশিবদা
লৈতাফম খঙদনা ওমচাকনহল্লিবা থম্মোইসিদা,
নুংশিবনা য়োমশিল্লবা থম্মোইসিনা
ঐগী লায়রবগী কাঙলূপতা পোকলবশিংগী
কাউথোকহল্লি ঐবু
হিংবগী চৈথেংদা পুন্সিগী মহাও মাঙথরকলবা ঐগী
পিরাংনা চোৎলবা পুন্সি অদু
অদুগা নুংঙাইবগী ঈথক হৌহল্লি
ঐগী লায়রবগী কাঙলূপসিদা।।

তাং ৩১/০৩/২০০৯

# মণি পরেং

লোইনাইদ্রবা নুংশিবদুগী মঙলান্দা
মিকুপ অমত্তসু মিকপ থোকপা নাইদনা
য়াতাজগেনে ইমা ঐ নঙগী নথাদা
কাউথোকহনবীয়ুনে তাইবংগী মায়া পূম্বা
লূপশিনহনবীয়ুনে নঙগী ঈরোন্নুংদা
ঈরাক্লহনবীয়ুনে ঐবু নঙগী নতম্বাক্তা
থকচিনহনবীয়ুনে খাবৃম থন্না
ঐগী খৌনাউদা নঙগী কাউঙমদ্রবা
নুংশিবগী লোইনাইদ্রবা অমৃত্তবু
তাউখৎলকপা নাইদ্রবা ঈরোন্নুংদা
হন্না হন্না লূপশিনজদুনা ঐনা
শান্নহনবীয়ুনে নঙগী মপান নাইদ্রবা ঈরোন্নুংদা
নুংশিববু কোনজদুনা ইথাদা
অদুগা মৃৎপা নাইদ্রবা মৈরাদুনা ইখৃৎতা
ঙাল্লদুনা খৃবামনুংসিদা
অমম্বা লোকনুংদুদা হন্না হন্না চঙহনবীয়ুনে
অদুগা ঐনা হৌদোকচগেনে
লোনশিল্লিবা থোঙজিন্দা চঙদুনা
লেপলদুনা নোকমি নোকমিবা মায়থোংগা লোয়ননা
খোয়থুল্লবা খোঞ্জেলনা হৌদোকচরদুনা
থোঙঙাকপশিংবু থোঙগী নাচি কাঙননবা
অদুগা পুথোকচরক্কেনে শুক্ষৎলবীশিংদু
মন্দির ময়ায়দা লেঙশিল্লিবা
নিলহনজগেনে তাইবংপানবসি নুংশিবা খোঞ্জেননা
অমম্বা অহিংদা তন্দলশিংগী মরক্তা
মশা পাল্লবী লাইরেম্বী মচাশিংনা শান্নজবগুম
হৌদোক্কুনা মনীংতম্না শান্নহনজগেনে

শুস্নাৎলবীশিংদু কাউথোকহন্দুনা খেন্নরবা মচুশিং
কোন্নরদুনা অমগা অমগা হৱাওবগী খোঞ্জেন্না
নিল্লদুনা লেঙশিনজদুনা খূদিংমকপু মণি মুক্তা
লৈতেংহঞ্জগেনে নীংথিরবী নঙগী ঙকশমদা,
কদায়দগী লাক্কনি য়েক্লবগী মিকুপ অদু
তৎত্রবদি মণিশিংগী পরেংনা থম্মোইশিংদা
লেংশিল্লবদা অমত্তা ওইনা।।

তাং ৩/০৫/২০০৯

# থব্রায় অদুগা মমি

ঐ খঙঙি নহাক অসি
ঐগীদমক হিংলিবা তাইবংদা
ঐ খঙঙিনে নহাকসিমক
সুপ্নতগী ঐগীদমক লাক্লিবনি হায়বা তাইবংদা
নঙনা কয়ারক হন্না
হুন্দোকলদুনা শুম্মাংলবা লৈকোলশিং
অদুগা হুন্দোকলদুনা ফজরবী লৈরাংশিং
ঐগীদমক লাক্লিবা চোকথবা নাইদনা
অদুগা ঐগী থোঙজিন্দা নঙনা
লেপলরিবা তূমিন্না
করিগুম্বা অমত্তসু ফোঙদোকপা ঙমদনা;
নঙনা হায়দ্রগসু খঙঙি ঐনা নঙবু
করিগীদমক লাক্লিবা ইনক্তা,
করিগীদমক চোকথবা নাইদ্রিবা নশাদা;
ঐনা অসুমনমক চৎখিবদি মফমদুদা
পামদে নঙনা নত্রনে ইহাঙ হাঙনা য়েন্দায়সে,
অদুগা অমুক ঐনা অদুম্না চৎলুগদবদু মিৎ তাঙলবগুম
তিংখং তুম্বৌনা থল্লবা
অমম্বা শূক শুনা মল্লবা লম্বীদুদা
কান্নফম খঙদনা পক্তুং য়াওদনা
চৎলুগদবদু নাক য়েত্তা হাইরদুনা
মদুগীদমক নঙ লাক্লিবনি নত্রনে
ঐবু লমজিংবীননবা অমম্বা লম্বীদুদা।।

তাং ০৪/০৫/২০০৯

# নঙগী কাদা

ঙসিদি থাররোই ঐনা নঙবু
শাহনগনি ননীং তৌনা জগোই
য়েকহনগনি য়েকনীংবা মওংদা মমিশিং
য়েংগনি ঐনা অমুক ঙসিদি
নঙগী মথৌ শঙলবা অমুবা মূক্কী জগোই,
অঙৌবশিং অদু থম্মোইশিংগী
মিরাং হাজিল্লবা অশিবা মপৈশিংগী
কম্থোক্তুনা নত্রগনা মথকমক্তদা
ওমচাকনহন্দুনা নত্রগনা মকা লামনা
ইশিনবা ঙমব্রা হায়না ঐনা
য়েংগনি ঙসিদি নঙগী কুম্হৈ,
মায়গৈ খূদিংদা তারক্লিবা
পূং-শেল মোইবুঙগী লাল্লাও
কনখৎলকলিবা নিল্লদুনা মফম খূদিং
অদুগা থোৎনা নৌরবী ফজরবীশিংগী
মিৎলুদগী চেন্থরক্লিবা অশাবা পিরাংনা
লৈমায়দা তারক্লিবা খাম্বা ঙমদনা
অদুগা অমুবা চন্দোলনা
মায়থোংদা লৈতেংলক্লিবা অসুমনমক,
থাজরি ঐগী থম্মোইনা
মুখৎকনি ঐগী থম্মোইনা
মুখৎকনি হায়বা নুমিৎ অদুদা
নঙগী মথৌ শংলবা অইবগী
খোঙফমদুনা লেঙদ্রবদি অমুক,
অঙাঙবশিং অদু হকচাংগী
মদুগী মচু খঙলকপা মিকুপতুদা

নঙনা হৌদোক্লদুনা তূমলুরবশিং
নঙগী অমুবা মূক্কী জগোই তাম্থানা,
হূরদুনা থম্মোইশিংবু
অচেৎপা ব্রাশক্কা লোয়ননা
নুংশিবা হায়বদুবু হৌদোক্লদুনা
পুরক্কনি হায়বা শান্তি।
ঙসিদি য়েংগনি ঐনা নঙগী
মথৌ শঙলবা জগোইবু
অদুগা অমুক লেপথোক্লরোই
মিকুপ'মত্তসু
চঙশিন্দুনা থোঙবাশিংদা থম্মোইশিংগী
হৌদোক্কনি লেঙদ্রবা অশেংবা
অচুম্বা, ফজবা, নুংশিববু
অসি নত্রনে অইবা
হৌদোকলোগবা নঙগী
মচীন থৌরবা কলমদো॥

তাং ১২/০৫/২০০৯

# নঙবু ঙাইরি অমুক হল্লকপা

ঙসিদি ঐগী হকচাংগী
মফম খৃদিংদা তনিকলক্লি
তনিকলক্লি মিকুপ'মত্তসু লেপতনা
ঐগী ঈগী মচু শঙলবা
ঐগী শাগৈশিংগী মিকপখোন্না
ঙসি য়ৈরক্লি নাপ্পদা
খাঙবা ঙমদ্রি অমুকসু থম্মোইনা
মসিবু নত্তবরনে ঐগী শাগৈদা
পোকলকখিবনা মীওইবা হায়বদুগী,
নঙনিনে অথোইবা খৃৎহৈরবা চিত্রকারনা
য়েকলন্নবা অথোইবা শক্তম
কলাকারদুমক্লা শারক্লবা মীওইবা হায়বদু,
হকচাংদা অঙাঙবনা মকা লাম্না ঙাম্থোইজবা
ফজবদুমক্লা ওইহরিবা নঙগী মুর্ত্তি।
কাউরবরনে শুদ্ধাৎপা নায়িকাশিং
হকচাংশিংগী লকানুংদা
লোৎলিবা মচুদু অমত্তনি হায়বা
কাউখ্রবরা নহাকপু
মিৎকি পিদু পলেমগী
ইচিল ইনাওশিংগী, ইপা ইপলশিংগী
য়েংখিগদরা নহাকপু
ফীভম কায়থরক্লবশিংসি ঈ মরীশিংগী
নোকখিগদরনে অদুম্নমক
থম্মোই পান্দে হায়দুনসু
অভিশাপনা নঙবু কোয়শিল্লক্লবদসু
হকচাংদা চেল্লিবা ঈ মরীকশিংসিনা,
নঙতগী তমথীবনা নঙগী শাগৈসিমক

তূম্বা তারক্লবদসু নখূৎমক্তা
নোকখিগদরনে নঙ অদুম্নমক,
করিগুম্বা নঙগী হকচাংগী ফজবদুমক
মপান থোকপা নাইদবা
জগোই হৈতবা নুঙগুম্বা ওইরমদ্রবদি
থাজরি নুংশিবা হায়বদুনা
নঙগী থম্মোইনুংদা লোৎলিবা
পুরক্কনি হায়বা নঙ অমুক অচুম্বদা
তিল্লখিনি হায়বা নঙগী শাগৈদা
ঙাইরিনে তাইবংসিমক্লা
নঙ অমুক হল্লকপা নঙগী পুৱারিদা
নঙগী জাৎতা
নঙগী শাগৈদা।।

তাং ১২/০৫/২০০৯

# ধ্রুবতারা

নীংশিংলরোই য়াদে পুন্সিসিনা নঙবু
কাউথোকখ্রগে ঙমদে নঙগী শক্তম
মুখৎলগে ঙমদে থম্মোই মৈচাক
লাক্কনু য়াদে মতম মাসু
পোখাবা নাইদে নীংশিংবগী মমিসু
নঙদি ঐগী থম্মোই লাকানুংদা
চূদুনা লৈহৌরবা মুৎনাইদ্রবা শক্তমনি
নঙদি ঐগী লকানুংগী মিংশেলদা
তারিবা থম্মোইবু ময়াই কাহল্লিবা মমিনি
নঙদি ঐগী ধ্রুবতারানি
লম্মাংনরবা পুন্সিগী মঙাল।
অকাউবগী মিকুপ লীশীং লীশীংনা
লাক্তুনা লেপলরবদা ঐগী লকানুংদা
কাউথোকউ য়াদ্রে মিকুপ'মত্তসু
নঙগী খূৎশানা শোকপিরম্বা
চিংখৎপিরম্বা অমম্বা লোকনুংদগী
নাথৈবীরম্বা মরুভুমিগী মৈশাদগী
নঙদি ঐগী ধ্রুবতারানি
লম্মাংনরবা পুন্সিগী মঙালনি।।

তাং ২৯/০৫/২০০৯

# পায়খৎলোনে নঙগী খোর্জে

ঙসি অমুক শাৎলরোই
নূঙাইরক্তা চন্দ্রমুখি
মালেমসু মরুভুমি ওল্লনি
মরুভুমিদসু পিরাং চেম্থরনি;
হিংবগী হা-হা কারবা লাম্থেং
অচঙ অশিগী মিকুপ
অশিববু' বিচারপতিগী ব্রায়েন্দা য়াওদবা
মপু শাবগী খূবামনুংদা থূপথ্রবা
হিংববু মতমগী খয়াৎতা লোইখ্রবা
যুগসিদা নঙদি নতোমতমক
হিদেন তাফম থিবদা
চোকথরবরা...?
ঙসি নঙগী লীক্লমদা
অমুক্তসু ইররোইদ্রা
বিদাইগী মিকুপতু য়ৌরক্লনি হায়না
ইররোইদ্রা লৈরাংশিংনা শাৎখিবা হৈরাংশিংনা চূমখিবা
অশংবা হানৌশিংনা লেঙ লেঙ চৎপা
য়েংখিবদা ইশংদা শংবা
ইনৌতা নৌবা তাইবংপানসিগী
অরোইবা পূংফমসিগী তোর্ব্বানসিদা
ইররোইদ্রনে অমুক,
চীংমায়শিংদগী তরু তরুরবা
তাইবংবু অমৃত্ত চেলহনবা
লাইজনা মনীং তম্না চেম্থজরকপগী
নীংথিরবা নুংশিবদু
য়েক্লরোইদ্রা নঙগী তুলিনা;
সন্ধ্যার্তিগী মতমদা চীংয়া'ই ফজবা প্রকৃতিগী

হয়েং ইনুং ঙানখ্রগদি
নঙগী ঐগী মিৎসনাদা
অমুক উখিগদা ফজবা
নুংশিবা অচুম্বা
মাঙশিল্লকলিবা তপ্পা-তপ্পা ধর্ম্ম
উখিগদ্রা অমুকসু ঙসি ঐখোয়গীদমক
মাঙদা লেপলিবা শুদ্ধাৎপা তাইবংসি
নঙগী ঐগী চারোন শূরোন্দি
অসুম্নমক উররোইদো মহৌশাগী ফজবা
ফঙঙরোই মখোয় ফজবা তাইবংগী
তাঙখ্রগনি মমিৎ মরুভুমিদুদা হয়েংগী
মখোয় খূদিংমক ঙম্নমক
য়েকউনে চিত্রকার থাংগৎতুনা নঙগী তুলি,
অদুগা ইয়ুনে তাইবংপানগী ফজবসে
হে তাইবংবু মিকপ থোকহনঙম্বা
তমথীরবা মিৎ উদবগী লৈনাসিদগী কন্ননবা
নঙগী ঐগী চারোল শূরোনবু
উজনবা ফজবা, অচুম্বা নুংশিবা
ইয়ুনে অমুক্তা নঙগী খোর্জৈনা।।

তাং ০১/০৭/২০০৯

# নঙগী লৈকোন্দা

হে ফজরবী পুদুনা চৎলোনে ঐবু
মায়ানা থল্লবা মীওই মপোকসিদগী
পোখাহল্লো ঐবু নঙগী নীংথিরবা লৈকোন্দুদা
শান্নহল্লুনে নুংশিবগী লিলা
কাউথোকহল্লুনে ঙম্নমক মায়া ঈপাক
কোয়হল্লুনে ঐবু নঙগী নীংথিরবা লৈকোন্দুদা;
তাইবং লিলা অঙকপা
মায়া লিপুন তমথীবা
থারে থানা থাঙমদা
কাউরে কাউনা কাউঙমদবা
হিংবগী চক্র মনুংসিদা
শিববু ঙাইহিরবা পুন্সিশিংনা
অর্থ খঙদনা তাউথরিবা
অঙাওবা হিসে হিমায় চুম্বীয়ুনে
হে নীংথিরবী চৎলোনে
পুদুনা ঐবু নঙগী
শুন্দ্ধৎলবা লৈকোন্দুদা।।

তাং ০১/০৭/২০০৯

# নুংশিবা

থম্মোইগী মরোলদি থম্মোইতনা খঙঙি
নত্তবরা নুংশিবা থম্মোইগী মরূপ
নুংশিজবা মাবু থম্মোইদা লোন্না
থানদ্রবা মরীনা নুংশি চীরোন্নরিবা
নত্তবরনে নুংশিবা লোইনাইদবা ঈথক
থম্মোইদা তত্তনা ইনোৎ হাপলিবা
আশা কয়ানা মায়থোংদা মোমোন্নরিবা
পূক্নীংবু মফম খঙদবা সংসারদা তাউহনবা
লোইনাইদ্রবা তাইবংগী ফজবা স্বর্গদা
মনীং তমহনবা পূক্নীংবু থম্মোইগী
নত্তবরনে নুংশিবা থম্মোইবু ইংহনবা
মপান নাইদ্রবা তাইবংগী জগোই খুখেক্তা
ঈথক হৌহল্লিবা তাইবংপালবু
তমথীবা মায়াগী মিত্রং লাংদা
পংথরবা কয়াবু মিকপ থোকহল্লিবা
মসিনি নুংশিবা মপাল নাইদ্রবা।।

তাং ২৭/০৭/২০০৯

# চাক তাঙবা

অৱাবসি থেংন থেংনরগা
হায়নৈ কনানা থেংনবা কিরক্তে
মসিবু শেংলবরা থম্মোইনা পাম্লবা
অৱাববু থম্মোইদা তৃংলিবা
খাঙঙমদনা খাঙলিবা পুন্সিনা
মসিবু তশেংনা নুংঙাইবা পোক্লবরা?
ৱাহংসিগী পাউখুমদি
ঐ খঙঙি মদু কনাগীসু নত্তে
ওমচাকনরিবা থম্মোইগীনি মহাক্তগী
মহাক্লা হায়রিদনা
খাঙগনিদি হায়ববু
মদুমক মরু ফংনা মুৎশ্রসনু অৱাবা;
নাপল চাউরবা মীওইবগী মচৎপু কিবনা
কবি গুরু রবিন্দ্রনা হায়খিবদো:
লাকচসনু অৱাবা
কোনশিনজগে চেৎনা ইথানুংদা
লান্থেংনজগে ঙম্নমক
অদুবু পীনবীয়ু শক্তি অদু নঙনা
লান্থেংননবা ঙম্নমক;
শক্তি অদুনি মীওইবনা পাম্নরিবা
শক্তি অদুনা মাঙশ্রবদা
আশাগী ময়োলনা তেকশ্রবদা
মহাক অদু অমম্বদা
চাকনিদুনা চরা তাল্লিবা
খনখিগদরা অদুম্নমক
লাক্লনবা অৱাবা অমা
চাক্তাঙবনা লাকহৎলবা তাইবংদসু।।

তাং ৩০/০৭/২০০৯

# নঙগী ঈশৈ

ঐগী পুন্সিগী চেনাদা
শুপনগী নঙগী ময়েকনা ইরি
নঙগী সুরনা নিল্লবা থম্মোইশিংগী
তান্থা চানা থারিবা নুংশিবা চেক্লাশিংগী
খোন্থাং য়ৈরবা খোঞ্জেলনা
ঈথক হৌহল্লি থম্মোইবু ঙসিদি
নঙগী সুরনা পাথোকহল্লবা মালেমদা
নঙনা ঈনোৎ হাপহল্লি
তবারবী শবান্না লৈতেংলবা নুজাগী
হকচাংদা তবারবা অঙৌবা ফিজোলনা লৈতেংবগুম্না
অশংবা লৌবুক্কী ফৌনারক্তা
নঙনা ইপোম হৌনা জগোই শাহল্লি
লৈপানদা পোমশাৎনরিবা লৈরাংশিংনা
নঙগী ময়াই কারবা খোন্থাংনা য়ৈরবদা
লৈশাৎ তমজরিবা ইকাই ইকাইনা
পাঙলদুনা তথক-তথক তবারবী মিৎসনানা
মপান নাইদ্রবা নঙগী শুক্নৎলবা খোঞ্জেন্না
ঐবু লাঙতক্লহল্লিবা লকানুংদা
নিলহল্লিবা নঙগী ঈশৈনা তাইবংদা
নহাকনিনে লাৎচরিবা তাইবংনা
হে শকউদবা থম্মোইগী মপু।।

তাং ৩০/০৭/২০০৯

# পুন্সিগী ৱাশক

মিৎলুদা চেন্থুরি অশাবা পিরাং
মচেৎ তাথ্রবা শমজিন্নবা য়াররোইদবা থম্মোই
ৱাকৎফম খঙদ্রবা তেংথা
তেংথাসিতনা তনিকহল্লিবা মিৎসনা
মিৎসনাসিনা থিরি, হে অমম্বা!
থম্মোইনা লাৎচরিবা নঙবু;

নীংশিংবগী কুয়োমনুংদগী
ঙসিসু মুখৎখিবা ঙমদনা
ময়েক লানা তারি
মাগী তামখ্রবা মুর্ত্তি
মুর্ত্তিসিনি মতম কয়া চঙনা
শাগৎচখিবা থম্মোইগী কলপনাদা;
নীংশিংলি ঙসিসু
অদুঙৈ ঐগী থম্মোই কলপনাদা
মপুঙ ফারকপা মিকুপতু
হকচাংগী তু-চুংলি হৌজিকসু
মিৎ থক্কৎনা য়েংখি ঐনা
মোং হাদনা লেপলিবা নঙবু,

অকিবগুম মঙলান্দা মঙলাক্কবগুম ঐনা
ইমিৎ কৃপতনি কাউ
য়েংখি নঙবু চিংনা
কয়াদা ইকায়জবা ইথন্তমক
নঙবু উজরগা,
মায়থোং লূকথ
নমাঙদা লেপঙমদা

নুংশিবগী পিরাং
তপ্পা চেন্থখি মিৎলুদগী
খঙখিদে ঐ নুংশিবা
চঙকননা ঐ লম্মুকনখি
নঙবু উরগা কাউখিবগুম্মী
পুন্সিগী পূন্নমক
ও! হৌখ্রে পুন্সি
ঙসিদি পুন্সিগী লংদাইসিদা
হাঙলবা য়েন্দায়সিদা
নঙগী মায়গৈতবু য়েংবদা
চোকথরি মিৎসনা
নীংশিংলকই ঙসিখক
ননাক্তা লাক্কে ব্রাশকখিবা
লৈরাংনা থন্না হাপ
নখূয়াদা কচ্চগে নীংখিবা
চেঙজেনদুগী ব্রাশক।।

তাং ১১/০৮/০৮

# শিরোই লিলি

লুকোকপী চীংশাং নাপোমদুদা
অশংবা চীংমায়শিংগী মরুমদা
ইতিহাস পুদুনা নদোম লেপহৌই
ঙাইহৌই তাইবংবু নঙবু নুংশিজবা,
নঙদি তোমথিন ঙানবীনি
তাঙলবা মনিনি ঐখোয়গী
মফম কৈদসু উবা ফংদ্রবা মালেমগী,
লাইরৈবাকনি হায়নরিবা পোকনফম লমদমসিগী
নাপগী নাচোমনি নহাক্তি
শিরোই চীংদোন্দা ঙাল্লিবী
শিরোই লিলিও! তাঙলবী;

অচিকপা শিরোই চীংদোন্দুদা
লৈরাং জাৎতা পোকলবী নঙগী
তনৌরবী থোৎলবী লৈকাশিংদা
তারিবা অৱাবা মমি
খাঙলিবা কল্লক চাওবা তাইবং মীওইবগী
খৃৎশানা শোকপদা লৈমল চনখিনি হায়না
নঙদি ঐখোয়গী লৈতেংনি
নঙদি ঐখোয়গী তাঙলবা খুদোলনি;
নঙতগী মিংলেলনা চিংশিনহল্লি
তাইবং পূম্ববু নকাদা
নীংশিংহল্লি পীকলবা লমদমসিবু
নঙতগী নগুননা 'মণিপুর'
লৈতে নঙোন্দদি খেন্নবা মচু তাইবংসিগী
নঙদি ঐখোয়গী নাপ্পগী নাচোমনি
হো শিরোই লিলি
শিরোই চীংগী নাপোমদা শাৎলিবী;

তনৌরবী নঙগী লৈনাদুনা
অমুক থাদোকলল্লবা নাপসিবু লমদমসিগী
হাঙলবা নাপনা কপহৌরনি মদোম তূমিন
নঙদি ঐখোয়গী লৈতেংনি,
নঙনা পুনশিল্লি খেন্নবা লৈতনা
শক-চু খেন্নরবা লমদমসিগী
জাতি খূদিং অমত্তা ওইনা;
নঙবু চিনজরগা নাপদা
নোকমিরি ঐখোয়গী ইমানা
নঙদি ঐখোয়গী লৈতেংনি
নঙদি ঐখোয়গী তাঙলবা খূদোলনি
শিরোই চীংদোন্দা শাৎলিবী
শিরোই লিলি॥

তাং ১৬/০৪/২০০৯

# বিধি

পুন্সি ইতিহাসতা নঙগী মমিদি
তাহৌগনি মুখৎপা ঙমদনা
পিরাংনা থূমখ্রবা মিৎলুসিসু
লোৎশিনখ্রগনি নঙগী নমাঙদা
খাঙঙমদনা খাঙখ্রবা চৈনাসিসু
থূপ্তুনা থমখ্রগনি থম্মোইনুংদা
হৌখ্রবা থৌদোক্কা লোয়নবা
মতমগী খোঙলৈসু ঋতু তরুক্কী
উদনবা খাঙগনি উইশিন্দুনা মিৎসনাসিনা
লোৎকনি চৈনা খাঙলবা পুন্সিগী অৱাবা
ইক্কনি পুন্সি মচু শঙদুনা,
কংজসনু পিরাংনা মিৎলুদা
নোকচসনু মিনোকনা চীন্বান্দা
পেঞ্জসনু বিধি মাসু
মৈশা খাঙবদা চোকথরবা পুন্সিবু য়েংদুনা
অদুবু ৱারৌই কৌবদা হায়ররোই
ঐনা নঙবু পুন্সিসিমগী।।

